কোভজবা—

শ্রীরঘুমনি শর্ম্মা

ব্রহ্মপুর, নহাবম।



অনিশুবা খুতম

১৯৮৩ ইং

কোপী মশিং : — ১০০০

মমল লুপা

---

নম্ফম :— দেবলা প্রেস, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

## ৱাহৈ অনিদং :—

লাইরিক মচা অসিদা মণিপুরিবা ৱারীশিং অসি হয়াঙ্গা মুন্না থম্লকপা থাইনগী ৱারী ওয়াকুনি। ৱারী অমম্মা অচৌ-অচৌবা লাইরিক কয়া ওইনা তেংথাক তোঙানবা লোন কয়াদা লৈরি। অদুবু ৱারী মচা মচা ওইনা হৈথোকচনা লাইরিক মচা অমা ওইনা কোংদোকচবগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি মর্মদি, মসিবগী থবক্তা ওইবসু অপিকপা অচাং অমদি পীবা ইবা লোকপা অহক শিংদা ক'য়বা কংগত্রা থজহনবনি। মসিদা অশোয়-অচাম কয়া থোংনবিরবসু চানবিহৈবা পাঠক পাঠিকানা ওয়াকপীগনি নিংথৈ।

লাইরিক মচা অসিদগী নৌরিবা অত্তাংশিংদা কাংলবা থজিক্লাং পীব, ওয়বদি হোংনজমন মহৈ য়ারে থগ্গনি।

অইবা—

# হিরম-লামায়

# লৈবাক্কী গাড়ী

থাইনা মমাংঙৈগী ৱানি। মতম অদুদা ভারতবর্ষ অসি লৈবাক মচা মচা কয়া থোক্লা থারদোক্লমই। অদুগা লৈবাকশিং অদুগী খুাইদগী চাউথংপা সহরদি উজ্জয়িনীনি। সহর অসিবু উবদা মীরয়েলনগী লৈবাক অমা ওইনা চয়া থনবা ঙমদে, লাইরৈবাক অমা ওইনা উই।

লাইরৈবাক্কী মতৌগুম উজ্জয়িনী নিংথিজৈ ফজে। সহরগী য়ুম থুনিংথক্কী মথাংদা অপিকপা লৈকোল মচা মচা লৈ, লৈকোলশিং অদুদা শাংলিবা মথল কয়াগী লৈরাংশিং অদুগী মনম্মা মীওইবগী পুক্নিং চুই। সহরগী লম্বী পূম্নমক য়াম্না নাল্লি, তক্ক-তক্কই,—লম্বীশিং অদুদা সহরদা লৈবা নুপী নুপাশিং চংখোক-চংশিন তৌই। মখোয়গী ফিজেৎ লৈজেং য়াম্না নিংথিজৈ।

উজ্জয়িনীগী ময়াদা শিপ্রা তুরেল থেক্ক-খোইনা চেল্লি। সহর অসিদা লৈরিবা মহাকাল-মন্দিরদা পূজা তৌবগী শরিক্কী মখোল অদু শিপ্রা তুরেলগী খোংমুংদা খোঙ্খাং য়ৈরৈ। তুরেল অসিদা লল্লোনবশিংগী ললোনপোৎ পুবা ফি থনবা হিজাও কয়া ঈচেনদা তাউথরি।

মতম অহূগী উজ্জয়িনীগী ললোনবশিং ভারত অপুম্বগী চাউথোক্লিংঙাইনি। লৈবাক কয়াদা ললোন-ইত্তিক ভোঠ্নবা লন তাল্লুবগা মথোয় উজ্জয়িনীদা হল্লকই— মহুগী ফলনা লৈবাক অহূগী শেল-থুমগী কিভম নোংমা নোংমগী ফগংলকই।

উজ্জয়িনী সহরদা চারুদত্ত কৌবা ললোনবা মুপা অমা লৈ। শিনফমদা মহাক ললোনবা ওইরবসু জাত্তদি মহাক ব্রাহ্মণনি। মহাক অসি গুপ্পগী ললোনবা অমা ওইবদা নত্তে, হিরম কয়াদসু মহাক উজ্জয়িনীগী অথোইবা লন অমা ওইরিবনি। মহাক মপূক-চেল চাউবা খোজাল হৈবা মীনি। মহাক্না লাইরবশিংদা দান য়াম্না তৌই।

হায়নবা লৈ, শেলনিং য়েংদনা চাদিং তৌবদগী লনগী মপু ওইরিবা কুবেরগী লনগৈ ফাওবা নোংমা লোইখি। চারুদত্তগী লনগৈসু নোংমদি হাংগ্রে। দান তৌমনবদগী চারুদত্ত হৌজিক লাইরবা অমা ওইরে। অহূবু মাগী মতিক-মগুণদি সহর শিন-থুংনা মীয়ামগী থম্মোয়দা মুংপা নাইররোইদবা ময়েক্না ইহ্না লৈরি।

চারুদত্তগী চাম্রবা মরুপ মৈত্রেয় কৌবা অমা লৈ। মৈত্রেয়গা লোয়ননা চারুদত্ত নোংমা পুষ্পকরণ্ডক কৌবা লৈকোল অমদা মপুক্লিং মকা লাম্না কোইথোরকই। মতম অহূদা চারুদত্তগী যণগাড়ী অমথক লাক্লগা লৈকোল অহূগী মথাংদা থাররে। গাড়ী অহূদগী শক থগুবা পাখং অমা কুমথরক্লে। মাবু উবদা চারুদত্ত অমসুং মৈত্রেয় ইকক-ওকপ্রে। চারুদত্তনা মহাকপু মশক খঙদে, মৈত্রেয়নসু

খঙদে। মখোয় অমিনা চঙক্লনা মশক খঙদবা আর্য পাখং অহুবু য়েংলি।

পাখং অহু মশক মতৌ য়াম্না চংখোম্না ফৈ। মাবু উবদা হয়াওদবা অমসুং নোল্লুক্কবা ওমদে।

অহুবু পাখং অহুগী মখোঙ নাম্মদা য়োহ্লিং-ফলাং মতং অমা চল্লিবহ্ উবদা মখোয় অমুক হেন্না ওকখ্রে।

মরুপ অমিনা খল্লকই, মুপা অসি কনানো? অহুগী মতুংদা চারুদত্তনা চংশিল্লগা মঙোন্দা হংলকই, "মহাশয়বু কনানো খঙজবা য়াগদ্রা?"

পাখং অহুনা খুম্লকই, "ঐগী মিং আর্যক কৌই—গোপ শাগেদা পোকপনি।"

চারুদত্তনা আর্যকী মমিং হান্নবা তাখ্রে। উজ্জয়িনীগী নিংথৌ পালক্কী মফমদা পাঞ্জি অমনা নোংমা হায়রকই মতুদি, গোপমচা আর্যক্কা নিংথৌবু হাৎলগা উজ্জয়িনীগী নিংথৌ ওইরগনি। পাঞ্জিগী ব্রা অহু তাবদা নিংথৌ পালক্কা আর্যকপু ফারগা কৈগুমশঙদা বন্দী থমখি।

আর্যক নিংথৌগী কৈগুমশঙ থুগায়রগা চেল্লক্লিবনি। মহাক্কা লাকপদা লম্বীদা অহাংবা যণগাড়ী অমা থেংনৈ। মাগী মরাইবক ফবদগী গাড়ী অহু চারুদত্তগী ওইরমই। গাড়ীবালা অহু মপুক্লিং মুংওাইনা গাড়ী থৌরমই— অমম্বদা করম্বা মতমদা আর্যক মাগী গাড়ীদা তোংখৎলকখিবনো হায়রবা খঙলমদে। মতুগী মতুংদা আর্যক

মাগী গাড়ীদগী কুমথখিবা উবদা গাড়ীবালা অদু থোইদোক্লা ঙক্তবা ওমদে।

চারুদত্তগী মফমদা আর্যক্লা চংজফম নিরক্লে। মতুদা চারুদত্তনা হরাওবা য়ারে। মহাক্লা আর্যকী মখোঙদা থাংজিবা য়োহ্লিং অদু ককথংনবা গাড়ীবালাদা য়াথং পীরে। অদুগী মতুংদা য়াম্না মুন্না থল্লগা মহাক্লা আর্যক্তা হায়রকই, "অদোম্বু চংজফম পীবদা ঐগী য়ানিংদবা করিম্তু লৈজদে। অদুবু নিংথৌগী মীনা থিরকপদা শোইদমক মফম অসিদম্তু ল্লৌরক্লনি নিংই। মরম অদুন হৌজিকমক মফম অসি থাদোক্লনা চেনবিয়ো। থোঙদা য়োহ্লিং থাংলম্বনা খোঙনা চংপদা অদোমগী থোইদোক্লা অপনবা অমা ওইরম্বনি। ঐগী গাড়ী অসি ত্তোংদুনা চেনবিয়ো।"

আর্যক্লা চারুদত্তগী মতিক-মগুণগী ৱা হায়রনা তারে। মহাক হৌজিক চারুদত্তগী ফজবা ব্যবহার অদুদা য়াম্না পেন্না বিদায় লৌরে।

ওয়গী আর্যক মথন্তা নত্তে—সহর অপুম্বগীদম্তু নত্তনা লৈবাক অপুম্বগী মী পুম্নমক চারুদত্তগী মতিক-মগুণদা ঙক্লরিবনি— হায়রিবা অসিদা ওপগী মপা অমথক্তুংদি য়াউদে। নিপা অদু নিংথৌ পালকী মশেন মপানি, মাগী মমিং সংস্থানক কৌই।

অসোমদা, কোম্বুংদা বসন্তসেনা কৌবী জগোই শাবী অমা লৈ। বসন্তসেনা চুমগী মপাল নাইদনা ফজবা অদুদা নত্তে, মহাক মরল-মথুম য়াম্না লৈ অদুগা মগুণ য়াম্না চেন্নি। মাগী শক্তম অমত্তুং ঙণনা মাবু উবা মী পুম্নমক ওমহুৎলিবনি, অদুদম্তু মত্তনা নিংথৌ

মরল-মথুম ময়াম অহু অমুম পৈশিন্দুনতা থমদে, লাইর-অনংব-শিংদা দান-লুংস্থ য়াম্না তৌই।

দান-ধর্ম্মদা চারুদত্তগী শেল-থুম পুম্নমক লোইশিনগ্রে হায়বা পাউ অহু বসন্তসেনাস্থ ফংই। চারুদত্তগী গুণস্থ বসন্তসেনানা খঙই, মহাক চারুদত্তগী থোইদোকপা গুণ অমুদা ওক্লবী অমনি। অহুনা চারুদত্তগী খুদোং চাদ্রবা মওম অহুদা মত্তোং পাংনিংবনা বসন্তসেনা মপুক্লিং লাংতক্লরকই। মরম অহুনা মহাক্না খুদোং য়েংলকই—মতৌ করব তৌহুনা চারুদত্তনা মতেং পাংগদগে।

নোংমা বসন্তসেনা চারুদত্তদা করিগুম্ব মওং অমদা মতেং পাংবা য়াবরা য়েংগে হায়ব বাথল অসিনা লমজিংহুনা চারুদত্তগী ময়ুমদা লাকই। মহাক চারুদত্তগী থোঙ্গাল য়ৌরক্লে, মতম অহুদা থোদোক অমা থোক্লম্ল।

চারুদত্তগী অমত্তা পোকচবা মচানুপা রোহসেন কৌবা অঙাং অমা লৈ। মহাকপু পুহুনা মীনাই হুপী অমা কোইথোরকই। রোহসেন কপ্না কপ্না চৎমিন্নরি। মীনাই হুপী অহুনা হন্না হন্না থেন্নকই, অহুবু রোহসেন কনকনু হায়বা শুপয়া য়াদ্রে। মতম অহুদা মীনাই হুপী অহুনা লৈবাক্লা শাবা গাড়ী অমা মাপী মথুত্তা পায়হন্দুনা কপ্তনবা হোৎনরকই।

মীনাই হুপী অহুনা লৈবাক্লা শাবা গাড়ী অহুবু হন্না থাগৎ-তুনস্থ অপিকপা নুপামচা অচুগী মফমদদি করিগুম্বা মমল অমত্তা য়াউদে।৵ রোহসেন থেম্বা শুপয়া য়াদ্রে। লৈবাক্লা শাবা গাড়ী অহু লংথোকপ্রগা মহাক শরুক অনি হেন্না কম্না কপ্থৎলক্লে।

লৈবাক্কী গাড়ী পাম্মদে হায়দুনা মহাক্না নিংঙাই তৌরি। মহাক্না অসুম্না হন্না-হন্না হায়রকই, "মসি নত্তে, ঐহোন্দা সনাগী গাড়ী অদু পীয়ু।"

মথরায় নুংঙাইতনা মীনাই মুপী অদুনা হায়রকই, "ওস্তোকপনি ইবুংঙো-মচা! নহাক্কী নপাবুং আজ্ঞা ইবুংঙোগী মুংঙায়-য়াইফবা মতম অদু অমুক্ক লৈরিবরা! য়ুমদন্তু সনা মচেং অমা ফাওবা লৈত্রে!" সনাগী গাড়ীবু কনানা নঙোন্দা পীবিগদগনে ইবুংঙো মচা!"

অসায়মথৈ বসন্তসেনানা থোঙ্গাল ময়াদা ভুমিন্না লেপ্লদুনা মীনাই মুপীগা রোহসেনগা ঙাংনরিবদু তাদুনা লৈ।

থৌদোক অদু নিংথিনা থৈবা হৈমত্রদুনা থরা চংশিল্লগা মহাক্না মীনাই মুপী অদুদা হংলকই, "ইবেম্মা, নুপামচা অসিনা কপ্লিবসি করিগীনো?"

মতম অদুদা মীনাই মুপী অদুনা বসন্তসেনাগী মকমদা থৌদোক অদু শুগায়দুনা তম্লকই। "মুম থংবদা লৈবা নুপামচা অমগী সনাগী গাড়ী অমা লৈ। রোহসেন্না গাড়ী অদু উক্ৰবদগী সনাগী গাড়ী পীয়ু হায়দুনা নিংঙাই তৌরিবনি। অদুবু ঐথোয়গী আজ্ঞা-ইবুংঙোদি হৌজিক ফিভম য়াম্না চাত্রে, অদুনা মচানুপা অসিদা সনাগী গাড়ী পীবা ওস্বগী আশা লৈত্রে।"

রা অসি মুরা তারগা বসন্তসেনানা থল্লকই, মতম কুইনা মহাক্না থিরক্লিবা থুদোং অদুমক হৌজিক কংলে। মতম অসিমক চারুদত্তগী মত্তেং পাংনবগী চপ চাবা তাঙ্গানি। অদুনা মহাক্না রোহসেনবু মনাক্তা তরাম 'তরাহ কৌশিল্লে। অদুগা মহাক্না

হায়রকই, "সনাগী গাড়ী পাম্বনে নঙবো ? ঙাইথো, ঐ নঙগী সনাগী গাড়ী শাননবা শিনবিগে।"

অসি হায়রগা বসন্তসেনানা মাগী মশাদা পক্লিবা সনাগী লিক-কোল পূম্নমক অদু লৌথোক্লগা রোহসেনগী লৈবাকী গাড়ী অদুদা হাপচিনখ্রে। অদুগী মতুংদা মহাক্না রোহসেনদা হায়রকই, "সমা অসিনা সনাগী গাড়ী শাহল্লো। অদু ওইরবদি নহাক অমুক সনাগী গাড়ীগীদমক কপ্লরোই—নত্রা ?"

রোহসেন কপ্পা তোকখ্রে। মপুক্লিং হয়াওনা মহাক মীনাই মুলী অদুগা লোইননা চৎখ্রে। মতম কুইনগী তুংদা চারুদত্তগী ইমুংদা মতৌ অমুম্না মতেং পাংনবগী খুদোংচাবা অমা ফংবা অসিদা বসন্তসেনা থোইদোক্না মুংঙাইরে। মহাক্না নিংজরকপা অদু ঙাস মহৈ য়াল্লে।

অসোমদা অতোপ্পা থৌদোক অমা থোক্লে। নিংথৌগী মশেন-মুপা সংস্থানক্না চারুদত্তবু তমথীনা অৱাবা পীনবগীদমক মাগী অচেংবা য়েংজি ; মহাক্না খুদোংচাবা অমা ফংলে।

থংনবা অয়ুক অদুমক্তদা রাজ-দরবারদা মপুকপেল ফংত্রবা সংস্থানক্না অমুম্না বাকংলরে, "চারুদত্তগী পুষ্পকরণ্ডক কৌবা লৈকোল অদুদা জগোই শাবা বসন্তসেনাবু কনানবো হাংতোক্লগা থনখ্রে। অদুগা মাগী মশাদা পকপা লিক-কোল পূম্নমক হুরান্দুনা পুখ্রে। হৌজিক চারুদত্তগী লৈকোল অদুমক্তদা বসন্তসেনাগী অশিবা হকচাং ফংলবনিনা শোয়দননক পূম্নমক অসি চারুদত্তগী খুজিল থৌরাং ওইরমগনি।"

মতৌ অসুম্না পূম্নমক অছুগী মরাল চারুদত্তগী মমিংদা পান-শিন্দুনা নিংথৌগী দরবারদা ব্রাকৎলৈ। সংস্থানক্ত শুপ্নগী নিংথৌগী মশেন-মুপা ওইবা অছুদা নত্তে; মহাক্কি লাক্ক ফানবা শুমদবা, মনীং তৌবা তমথীবা মীশক অমনি। অতুনা মাগী ব্রাকং অছুবু থৌওইদবা য়াদে।

অত্রম ওটনমক থৌদোক অতু তাবদা বিচারপতিস্থ মহাক্কা হায়রিবহু থাজবা ওয়মদে। য়াম্না ঈনাক থুলস্না চারুদত্ত ওসিদি লাইরয়ে হায়বমথৈদি চুমই, অমুবু মহাক্কা অসিগুম্বা অমুক তোনবা থবক অসিদি করিগুম্বদসু তৌরোই, ব্রাকম অসি উজ্জয়িনীদা লৈবা কনানসু থনবদা লাম্বা ফংলোই। অতু ওইত্তুনমু কমাগুম্বগী ব্রাকংপু বিচারপতিনা হেক্কা থগুইদবদি চুমদে। অতুনা মহাক্কা সংস্থানক্কা হায়রকই, "মশেন-ইবুংঙো, থৌদোক অতুগী করমদা অথক্তবমথৈ শন্দোক্কা তম্মু।"

মত্তম অহৃদা সংস্থানক্কা হায়রকই, "দুষ্পবরগুক হায়ব লৈকোল অসি উজ্জয়িনীগী মমুংদা য়াম্না মমিং চৎপা লৈকোল অমনি। অতুনা মরক মরক্তা ঐ লৈকোল অছুদা কোইথোকপা হেক হেক চৎলি। ওরাং নুংথিলসু মহৌশাগুম ঐ হায়রিবা লৈকোল অছুদা কোইথোকলুই। মকম অছুদা অসুম কোইচং চৎপদা থওহৌদনা হায়ুং অমগী মরুমদা বসন্তসেনাগী অশিবা হকচাং ঐগী মিৎতা উরকই। থরা চংশিন্দুনা য়েংবদা মাগী মশাদা লিক-কোল অমত্তা য়াউরমদে। মরিক-মকোল অছুব য়াম্না লৈবী হুমিং চুম্নগী কে-মৌহুনত্তা লৈজবী জগোই শাবী

বসন্তসেনানা মশাদা সনা মচেং অমত্তা পক্তনা লৈকোল অহুদা চংলমগনি হায়বা থাজব ঙমদে। শোয়দনমক লিক-কোল নিংথিনা লৈতেংদ্রনা মচাক লৈকোল অহুদা চংলমগনি। মাগী মমল য়াম্লবা লিক-কোলশিং অত্থু কদায়দা চংল্লে। ঐনা চেংবা থাজে— চারুদত্ত তৌজিক য়াম্না লাইরবে, অত্থুনা লিক-কোলবু মীকোবনা থুত্থুম চমথিত্থুনা মচাক্না বসন্তসেনা অত্থুবু হাংলগা মাগী মরিক-মকোল পূম্নমক হুরানপ্লবনি। মসি নত্তনা অতৈ করিবু ওইগনগে?"

সংস্থানক্কী ৱাকং অসি তাবদা বিচারপতিনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা চারুদত্তবু কৌরুনবা মী থাল্লে।

জগোই শাবী বসন্তসেনানা চারুদত্তগী য়ুমদা চংলুবা মতম অহুদা চারুদত্তদি য়ুমদা লৈরমদে। অত্থুনা মচাক্কি মতম অত্থুগী থোদোক অত্থু করিমত্ত থওলমদে। মচাক্না য়ুমদা চল্লক্লবা মতম অহুদা বসন্তসেনানা মচাম্নুপা রোহসেন্দা সনাগী গাড়ী শাননবনি হায়থুনা মরিক-মকোল পীরমই হায়বা তারমই। থুদক অত্থুমক্তদা চারুদত্তনা মাগী মরূপ মৈত্রেয়গী মখুত্তা সনা ময়াম অত্থু শিন্নত্থুনা জগোই শাবী বসন্তসেনাগী য়ুমদ থিগনহনল্লে।

সোমদা বিচারপতিগী য়াথং-চে পুত্থুনা চারুদত্তদা থঙহনরে মত্থুদি, করিগুম্বা দণ্ডকায় লৈবা পাউ থরা থঙনবগীদমক বিচার পতিনা মচাকপু কৌথংপা থারক্লিবনি। নুপা অত্থুনা অশেংবা শাকম অত্থুদি থুপচারমল্লে। চারুদত্তনা ঙকপগা লোয়ননা থল্লকই,

বিচারপতিগী দরকার করি কৈদুনা ঐবু কৌখৎহল্লরিবনো ! মপুক্লিংদা চিংনরক্লে—মীচেল আর্যক্লা পাউ-বিচারপতিগী মনাকোং য়ৌরম্বা য়াই। অদুনা মহাক্না চারুদত্তবু কৌখৎলিবনি

কিনা কিনা চারুদত্ত বিচারপতিগী সভাদা থুংলোর। মতম অপুদা চংলবপমক্তদা বিচারপতিনা মঙোন্দা হায়রকই, "আর্য্য চারুদত্ত, নহাক্না মায়োক্তা অকুবা ৱাকং অমা থাংগৎলরে।"

চক্রধুনা চারুদত্তনা হায়রকই, "ঐনা ইরাল করি লংজগ্রবগে, মহুৎমক ঐগী ম.য়োক্তা রাজ-দরবারদা ৱাকৎলরিবনো ?" বিচারপতিনা কবিমন্ত্রা হাংজিংদা সংস্থানক্তা কিংনা হায়রকই, "নহাক্না মরিক-মকোল থরগু মীহৌদুনা জগোই শাবী বসন্তসেনাবু হাৎতোক্লগা মাংশি অশিবা হকচাং অদু লোংশিন্দুনা থম্লি !"

মাবু থাম্লগা বিচারপতিনা মতম অদুদা চারুদত্তদা হংলকই, "জগোই শাবী বসন্তসেনা হন্দক মরক অসিদা নহাক্না য়ুমদা লাক্লম্বরা ?"

চারুদত্তনা থম্লকই, বসন্তসেনা হৌখিবা মুংথিলদা মথোয়গী য়ুমদা লাক্লমই হায়বা থগুলদুনা বিচারপতিনা মহুম্না হংলক্লিবনি। অদুনা মহাক্না বিচারপতিগী মফমদা চৌখিবা মুংথিলদা বসন্তসেনা লাক্লমই হায়বা অদু তমই। মতম অদুদা বিচারপতিনা থগুনিংগে মহুদি, বসন্তসেনা হৌজিক কদায়দা লৈবগে।

মসি তশেংনমক চারুদত্তনা থগুবা ৬মগদবা ৱাকম নংতে। অদুবু মহাক্না ইচম-চম্বগী মওংদা ভাবনা শাদুনা হায়রকই, "বসন্তসেনা হৌজিক ময়ুমদা লৈরমগনি।"

চারুদত্তনা ৱা ঙাংবা লোইরম লোইকাত্রিত্রৈদা সংস্থানক্কা খংলাউ লাউদুনা হায়রকই, "মহ্ শুপওই ওইখোক্লোই। বসন্তসেনা ময়ুমদা লৈবা ওইখোক্কে, মরমদি মহাক হৌজিক নহাক্কী লৈকোলদা শিদুনা লৈ।"

সংস্থানক্কী ৱা অসি তাবদা চারুদত্তগী কোকথক্কা অতিয়া নিংথায়দুনা ননথরক্লে। অসিগুম্বা ওইখোক্লবা থৌদোক-ৱাথোক থোক্লক্লনি হায়বা মহাক খনব ফাওবা ঙম্লমদে। মহাক্কা খঙবা ঙম্লে, হায়বা মুংঙাইনখিদবগী লমন থুমবগীদমক হৌজিক সংস্থানক্কা মহাকপু লাং থাক্লিবনি। সংস্থানক মনীং তৌবা, মথোং হুক্লবা, লমচৎ ফংজবা মীশাক্ক। মতম থম্বগী মরাংদা নোংমা সন্ধ্যা মতুংদা অমম্বদা অপাম লাংদা থুদুনা মহাক্কা মশক কা হেন্না কজরবী বসন্তসেনাবু মথুং চম্বা হোৎনখি। ওক্লবা নুপা অদুগী মথুংত্তগী নাম্থোক্লবা হোৎনবদা তুংদা শাদানবনা তাম্নরক্লবী শক্তি অমোমগুম্নবী বসন্তসেনা চারুদত্তগী ইজ্রোল মমুংদা চেনশিল্লমই। মুম অদু আর্য্য চারুদত্তগীনি হায়বা বসন্তসেনাদ খঙলমদে। অদুম্না শাদানবনা তাম্নরক্লবী শক্তি অমোমগুম্নবী বসন্তসেনা লোৎতুনা লৈখি। মথুং চল্লগদবী মহাক অদুবু চারুদত্ত অমদি মৈত্রেয়গী হৈশিংবা থৌরাংনা নাম্থোকহনখিবা অদুদা সংস্থানক্কা চারুদত্তবু মরু ওইনা শাউথিবনি। মহাক্ক! হায়দগী য়েংথিরক্লিবা অদুগী মথক্কা থৌদোক অদুদগী অমুক হেন্না য়েংথিখিদুনা চারুদত্তবু মরু কংনা মাংহন্নবা হোৎনরক্লবনি। হৌজিক মহাক্কী মমথাক-লাং অদুদগী নাম্থোকপা চারুদত্তগী মফমদা ওইথোক্লবা ওইরে।

চারুদত্ত তুমিন্না চপ লেপতুনা লৈ, অসিগুম্বা মতম অসিদা বীরক কৌবা সন্ত্রী অমা সভা অতুদা চংলক্লে। মহাক্না বিচারপতিগী মফমদা থাকংলক্লে মতুংদা, চারুদত্তগী যণগাড়ীদা আর্যক কৌবা মীচেন অমা লোংলম্বা লেংলৈ। গোপ-মচা আর্যকপু য়াম্না চেকশিন্না বন্দী থম্বনি, অদুবু মহাক কৈশুমশঙদগী নান্থোক্তুনা চেনখির্বনি।

অদুগা সন্ত্রী অদুনা অমুক মথা শমখত্লনা হায়রকই, "পাউ অসি ফংবগা ঐনা বন্দী আর্যকপু ফানবা তাম্নরুই, অদুবু মহাক্না ঐবু ফুদুনা তাল্লকই। বন্দীগী মচেং পাংলিবা চারুদত্তবু চৈরাক পীবা চুমই। হৌজিক অচুম্বা বিচার তৌবিয়ু।"

মতম অদুদা বিচারপতিনা মঙোন্দা হায়রকই, "মদুগী বিচার মতম চানা তৌগনি। নঙ হৌজিকমক লৈকোল পুম্পকরণ্ডক্তা চংলুগদবনি। লৈকোল অদুদা কনাগুম্বী অমগী অাশবা হকচাং লৈবরা লৈতবরা হায়বা মুদ্রা য়েংলক্কদবনি।"

বীরক সংস্থানক্কী কাংবুগী মীনি। য়াম্না মথরায় য়াউনা বীরক লৈকোল তম্না চংখ্রে। অদুগা সভাদা তৌল্লিবা মীয়াম পুম্নমক পুক্কিং লাংতক্লনা ঙাইরি — বীরক কয়া তপ্না লাকপগে, অদুগা করি পাউ পুদুনা হল্লকদগে।

মাগী খুদোংথীবা মন-মনম লাক্লে হায়বা চারুদত্তনা খঙজবা ঙম্লে। মাইকৈ মরিদা লাং থাকতুনা মহাকপু অরাবা তাহন্নবা সংস্থানক্না শিনপ্রবনি। ওইনিংবা ওইসনু, মহাক বিচার ঙাইবা তাই।

বীরক্না লৈকোল অহুগী মন্নুংদা চংহুনা কুপ্না থিরকই, অহুবু কদায়দম্ব কনাগুম্বী মুন্দীগী অশিবা হকচাং অমত্তা ফংত্রে। মতম অসিদা বীরক্না থল্লকই, করিগুম্বা মহাক্না অশেংবা পাউ অমু ৎিচারপতিদা ;থঙহল্লুরবদি সংস্থানক্না শাউদুনা মাগী মাংননবা শিল্লকপা য়াই। অসি থন্দুনা বীরক্না চালাক অমা তৌরে।

বীরক্না রাজসভাদা চংলকপগা হায়রকই, "উঃ, য়াম্না তম্থীনা শাথীবা থৌদোক্নি।"

ময়াম্না হংলকই, "করম্বা থৌদোক্নো? উরকপরা?"

লৌশিং লৈবা শাহুনা বীরক্না হায়রকই, "কদায়দগী থেংনরগদগে? মহুবু হৌজিক অহুম তাহুনা লৈখিগদ্রা? হুই-সমহুইনা মাগী হকচাং অহু মচেং মচেং শেগায়হুনা চাত্রে। শদোং মচেং অমা ফাওবা থিবা ফংত্রে।"

মতম অহুদা সংস্থানক্না হায়রকই, "অহু ওইরবদি ময়াম পূম্নমকম্হু থঙবিরেদনা — চারুদত্ত অসি কয়াদা তমথীরবা মীশক্নো হায়বা। মসিগী মতিক চাবা চৈরাক পীবা চুমই।"

অসুক শাথীবা ফংনা থুদোংথীরবা মরক অসিদম্হু চারুদত্তনা মথুংমম্ফদা জিক-কোল পূম্নমক শিন্নহুনা বসন্তসেনাগী মকমদা হলহনবা থাথিবা মরূপ মৈত্রেয়গী মরমদা থল্লকই। মৈত্রেয়না করিগুম্বা জিক-কোলশিংহু পীথোক্লম্লগা রাজসভাদা পাউ পীরবা অহু ওইরবদি মহাক হৌজিক থুদোংথীবা অসিদগী নাম্থোকপা য়াগনি।

চারুদত্তনা অসুম্না খল্লিদৌ তাঞ্জা অদুমক্তদা মৈত্রেয় রাজসভাদা থুংলরে। মহাক্কা মতম অদু ফাওবা লিক কোলশিং অদু পীথোক-লুদ্রি। মদু পীথোকপা চংপদা চারুদত্তবু রাজসভাদা পুশ্রে হায়বা পাউ মহাক্কা তারমই। অদুনা মহাক বসন্তসেনাগী মযুমদা চংলুদ্রে, লমথাংদগী রাজসভা ভুম্না চুমথ্রিং অদুম লাক্লে। লিক-কোলশিং অঃ হৌজিক ফাংবা মাগী ফিজদা অদুম য়োম্লি।

লাকপগা মৈত্রেয়না সংস্থানক্তা থৎনবা হৌরক্লে। মহাক্কা খঙই মদুদি, থৌদোক অসিগী হৌরকফমদি নিংথৌগী মশেনলুপা সংস্থানক অসিদগনি।

সংস্থানকপু ফুগদবগী চেন্নশিল্লকপমক্তদা মৈত্রেয়গী ফিজিদগী লিক-কোলশিংঙু ন.ঙ্হুনা তারক্লে। মদুনা সংস্থানকী য়াম্না থুদোং-চাপ্রে। মহাক্কা লাউহুনা হায়রকই, "মসনিদনা, লিক-কোল অসি জগোই শাবী বসন্তসেনাগীনি।"

বিচারপতিনা চারুদত্তদা হংলকই, "হায়রিবসি অচুম্বরা?"

মাইথোং লুক্না চারুদত্তনা খুম্নকই. "মানি, লিক-কোল পুম্নমক অসি বসন্তসেনাগীনি।"

মতম অদুদা বিচারপতিনা চারুদত্তবু মরৈবাক্তগী তাম্থোক্নবা য়াথং পীগ্রে। অদুবু সংস্থানক্কি মতুংতনা পেনবা ওম্নমদে, অদুনা মহাক্কা কন্না হোৎনবগী নিংথৌগী মফমগী চারুদত্তবু মরৈবাক্তগী তাম্থোকপগী মতম্তা হাংনবা য়াথং লৌশ্লে।

নিংথৌতনা লৈবাক অপুম্বগী ব্রয়েন-থৌদা মপুনি, অদুনা মাগী য়াথং অদু য়ানিংদে হায়দুনা বাকংকম অমমুক লৈতে।

ময়ম অসিনা মীহাৎপুংবা পুরগা চারুদত্তবু শঙলিংবশিংনা হাৎপা তারে।

শঙলিংবা অসিনা চারুদত্তবু থাগী মীহাৎপুংগী মাইকৈদা পুত্তনা চৎখ্রে। মহু উবদা প্রজাশিংনা থররকই, "চারুদত্তগুম্বা অথোইবা মীগী মরাউবক্তদু অচুক থুংদোংখীবা তম্লবা!"

চৎনা চৎনা চক্রেশ্বরনা থঙহৌদনা তারক্লে, মচানুপা রোহসেনা মহাকপু উবনা লাউ থোংহুনা কপ্লি। মহু উবনা মহাক থংঘোয় পুংগা য়াখিদ্রে। শিরবদাগী মতম অহুদা অমুক্তংদদি মচানুপাবু পমজনবগীদমক মহাক্না শঙলিংবশিংদা হায়জরকই।

মথোয়নী বা লৌরগা চারুদত্তনা মুংশিজরবা মচানুপাবু কোন্দুনা ছাইগাক পমজনা হরাওহল্লে। অহুগা মহাক অমুক শঙলিংবশিং অচুগা লোয়ননা মাগী লম্বীদা চংলক্লে। মতম অসিমক্তদা থঙহৌদনা স্থাবরক কৌবা সংস্থানকী মনাই অমা মথোয়গী মনাক তাগ্না চেল্লক্লে। অচুগা মহাক্না হায়রকই, "নথোয়না আর্য্য চারুদত্তবু থাদোকউ, মহাক মরাল লৈতে। বসন্তসেনাবু চারুদত্তনা হাৎপা নত্তে; মাবু হাৎপদি ঐথোয়গী ইবুংঙো সাস্থানকনি। ঐ বাকম অসি থঙই হায়হনা মহাক্না ঐবু ইয়ুংদা য়োহিলং চন্দুনা থমই। করিগুম্বা মওং অমদা নাস্থোক্তুনা ঐ পাউ অসি পীনবা চেৎক্লিবনি।

স্থাবরক্না বাকম অসি মপুংফানা তম্বা লোইত্রিরৈদা সংস্থানক মফম অহুদা থুংলরে। মহাক্না স্থাবরকপু কৌথোক্লগা বাকম অচু থুপচানা থম্লবগীদমক সনাগী থুজি পীগে হায়হনা চিবোল তৌরকই।

মতম অতুদা স্থাবরক্না ময়াম তাননবা লাউনা হায়রকই, "অসি য়েংবিয়ু, সনাগী থুজিগী মীহৌ-লাং থাকতুনা ঐবু মহাক্না থুজুম চনগদবগী লাক্লরি।"

অদুগা অচুম্বা রাফম খঙলবদসু শঙলিংবশিংনা কৃরিমত্তা তৌবা ঙমদ্রে। মরমদি, নিংথৌগী য়ুমথংবু মখোয়না খৌঙইদনবগী মপ্তিক লৈতে। মখোয়না চিং-চিংহুনা চারুদত্তবু থাগী মীহাংপুং তম্না পুহুনা চৎলক্লে।

চারুদত্তগী মথক্তা ময়াল শিননবগীদমক্তা সংস্থানক মশামক্না বসন্তসেনাবু শিননবা ফুখিবনি। শিরে থন্দুনা বসন্তসেনাবু মফম অদুদা অতম হুদোক্লমহুনা সংস্থানক চেনখিবনি। অদুবু শিবা য়ানা শোক্লবা বসন্তসেনা শিথিদে। বৌদ্ধ লম্নোইবা অমনা মহাকপু কন্না লাইহুবদগী হিংখি।

বসন্তসেনা মশা থরা কনখৎলহুনা ময়ুমদা হল্লকই। মতম অদুদা মহাক্না তারমই মতুদি, মাবু হাংলি হায়না নরাল শিজিন্দুনা চারুদত্তবু থাগী মীহাংপুংদা পুহুনা চৎপ্রে ; শঙলিংবাশিংনা মহাকপু মক্কম অদুদা হাংলুগদৌরিবনি।

পাউ অসি হেক তাবগা বসন্তসেনা থাগী মীহাংপুং তম্না চেল্লক্লে।

মহাক্না মথম অদু য়ৌরকপগা হায়রকই, "ঐ বসন্তসেনানি —ঐ হিংলি— নখোয়না মরাল লৈতবা অপোইবা আর্য্য চারুদত্তবু হাংকদু।"

বসন্তসেনাবু হাংপগী মরম লৌদনা চারুদত্তবু দণ্ডি পীখ্রিবনি। হৌজিক বসন্তসেনা অহিংসক হিংলমে, মরম অহনবদ চারুদত্তবু অমুক দণ্ডি পীবা চুনদে। অদুগা খন্দুনা শুচি-বণিংনা মাবু হাংজে।

মতম অসিদা মীয়াম মরক্তা কাওক্লিন্দুনা দূত অমা মাখোয়গী মনাক্তা চংলক্লে। মহাক্তা খুংলবগা পুক্তংজে অহুদনা নচোমগা গোপালনা আর্যকপু হাৎলগা মশা মতম উজ্জয়িনীগী নিংথৌ ওইরে।' অদুগা মাঙ্গী য়াথংনা হংলগী নিংথৌনা পীখিবা য়াথং অদু কনখৎতুনা অখোইবা আয্য চারুদত্তবু থাজে কবনি।

অদুগা দূত অদুনা মথা শক্‌থক্‌না অমুক হায়রকই, "মহারাজ আর্যক্তা আর্য্য চারুদত্তনা মরুপ ওইবগী খুদোলগী মশক ওইনা কুশবতী লৈবাক দান পীরে।"

মতম অসিদা মীয়াম সংস্থানকপু ফাগদবগী ওঁপ্লরক্লি। মখোয়না শুনি মচেংলা থাক্তা চৎখিবা পান্ডা অমা অঙ্গিংদৌরিবনি। সংস্থানক্তা চেনখিনরক্তুনা চারুদত্তগী মখোন্দা তুবরে; হায়রকই, "নরূপ ঐবু ঙাকপিয়ু।"

চারুদত্তনা সংস্থানকপু ঙাকপিরে।'

বসন্তসেনাবু লাইশঙ্গ্‌ফিবা বৌদ্ধ লমোইবা অদুবু চারুদত্তনা লৈবাক অপুম্বগী বৌদ্ধমঠকী লুচিংবা ওইনা থাপরে। অদুগা মাবু মতেং পাংখিবা মখোয় অনাবুক্তা চারুদত্তনা কাউখিদে। মখোয় পুম্নমক্তা মনা কয়া পীদুনা মহাক কুশবতীগী নিংথৌ ওইহনা পাইখি।

# মাধব মালতী

বিদর্ভ লৈবাক্কী মন্ত্রীগী মমিং দেবরাত কোই, অমুগা পদ্মাবতীগী মন্ত্রীগী মমিংনা ভূরিবসু কৌই। অনাং ওইরিবৈদগী মখোয় অনি চায়বা মরুপ ওইরকই। মখোয়গী মরুপ ওইবগী থুংশিনবসু থুং ফাওবা কায়মদনবগী রাথলদা মখোয়না অনাং ওইরিবৈদা বাশকখি মহুদি, করিগুম্বা মখোয় অনিগী মরক্তগী অমগী নচানুপা পোক্লবা অমগা। অমগীনা মচানুপী পোক্লবা অঁদু ওইরবদি মখোয়মু লুহোংবিগনি। বাকম অসি-বৌদ্ধ লম্বোইবী অমগা থজই। লম্বোইবী অমুগী মমিং কামন্দকী কৌই। মাগী মফমদা দেবরাতকা ভূরিবসুগা লাইমিং লৌখি। কামন্দকী বৌদ্ধ লাইনিংবী অমনি।

মতমগী মতুংইন্না দেবরাতকী মচানুপা অমা পোকই— মাগী মমিং মাধব কৌই। অমুগা ভূরিবসুগীসু মচানুপী অমা পোকই—মাগী মমিংনা মালতী কৌই।

দেবরাত অমসুং ভূরিবসু মখোয় অনিমক্না মপুক্লিংদা লেপ্লমই মহুদি, চহি মতাং চারগা মচা অনি অদু লুহোংবিগনি

লাইনিংবী কামন্দকী পদ্মাবতী সহরদা লৈ। মহাক মতিক মঙাল চাউবীনি। সহর অদুদা মাগী শিষ্য মুপা রাম্মা লৈ।

বৌদ্ধ লাইনিংবী অদুগী মকমদগী বিদ্যা মতিক চাম্না হৈনবগী· দমক বিদর্ভগী মন্ত্রী দেবরাতনা মাগী মচানুপা মাধবপু পাদ্মাবতী

সকবদা থারকই। কামন্দকীগী মকমদগী মথল-মথা কয়াগী বিদ্যা কংজনা মাধব হীরম পূম্বদা অথোইবা গুণ চেন্না মীশক অমা ওইরে।

পদ্মাবতীগী মন্ত্রীগী মচানুপী মালতীন্থু শক্তা গুণদা চাংদম্নিংঙাই-নৈতবী মথোক কারক্লিবী অমা ওইরক্লে। মাগী মাশি-গুণ চংথোম্না ফজবগী মরমদা মীনা শোমরি।

সহর অহুদা নন্দন কৌবা অতোপ্পা অনীগুবা মন্ত্রী অমম্তু লৈ। নন্দন নিংথৌগা য়াম্না চান্নবা মরুপ্নি। মহাক য়াম্না অহল ওইরে, অহুবু ঙাওজবদি পাথংগী পাংথক ওইরি। অহুনা মালতীগী শক্তা গুণগী বা তাবমক্তদা মান্ন লুহোংনিংবনা নন্দন অঙাওবগী পাংথক ওইরক্লে। নোংমা মহাক্না নিংথৌদা হায়রমই মহুদি মন্ত্রী ভূরিবসুগী মচানুপী মালতীবু মস্তোন্দ লুহোংনবা শিনবিয়ু। চান্নবা মরুপ্না হায়জবহু নিংথৌনা থৌওইদবা ঙম্লমদে। অহুনা মহাক্না মহু শোয়দনা শিনবিগনি হান্ননা অচেৎপা বা হায়ত্রে।

পাউ অসি মন্ত্রী ভূরিবসুগী মন্মাকোং য়ৌক্লে। মহু তাবদা মহাক মাবগী ওমথৈ অমুক লৈথিত্রে। মাংলেদনা। নিংথৌনা করিগুম্বা মাগী মচানুপী মালতীবু নন্দন্না থাজদবা মাদে হায়না অকনবা বা হায়রকপা থোক্লবদি মহু থিংনবা উপায় অমত্তা লৈতে।

অহু ওইরবদি হান্না হায়নখিবা মতুং ইন্না মরুপকী মচাদা মচানুপী মতৌ করম্না লুহোংলেদগে?

তৌকম থঙজরক্লনা ভূরিবসু কামন্দকীগী মনাক্তা চৎলে। কামন্দকী থৌদোক পূন্নমক থঙই। মমম অহুনা মহাকনু মাথলগী

মন্ত্রী নন্দনদা লুহোংগদৌরি। মসিদগী তেম্না ওক্রিংঙাই ওইবা মরম অতৈ করি অমুক নৈরমাখিগদগে। মীহো চাউবা অহুনীদমক নন্দনবু মীয়ামা থিনা তাংনৈ।

ভূরিবসুগী মচানুপী মালতীসু পাউ অহু তারক্লে। তাইবং-লৌশিং কংলকপা মুখিত্তগী মহাক্না খঙজরক্লিবনি মহুদি, মহাক মাধবতা লুহোংগদৌরিবান। অহুগা হৌজিক মগাক্না হুমুবা অমগী মঙকশমদা নৈ পরেং হুকপা তারবা! মালতী মমাই উপশিন্দুনা কমুংদা হিপ্পুনা লৈরে।

লম্বোইবী কামন্দকীসু পাউ অহু ফংলে। মগাক্না লাক্লগা ভূরিবসুগা উম্নবদগী অশেংবা মরম থগুলে। অহুগা মহাক মালতীগী মনাক্তা চংলকই। মহাক্না মালতীবু থেমজিন্দুনা হায়রকই মহুদি, মন্ত্রীনা নিংথৌগী মফমদা বা লোটথোক্লরমদে; অহুনা নহুদা কিরুনিংঙাই মরম করিসু নৈতে। মানা ওন্নিবমথৈ ফননবা শিনগনি। অসুম্না কন্না হায়হুনা লম্বোইবী অহুনা মালতীগী মপুক্লিং ফাজিনবা হোৎনরকই। কামন্দকীগী বা তাবদা অরাবা থরমথৈদি কোক্লে হায়বনু মালতীগী মপুক্লিংদা চিংনারবহুবু মপুংফানা তাম্হোকখিবদি ঙমদে।

পাউ অহু মাধবসু তারে। পাউ অহুনা মহাকপু তমথীরবা অরাবগী ঈরোনসুংদা লাকশিনরে। অরাবা থাংওমপ্রহুনা মহাক ময়ূর-মকৈ থাদোক্তুনা লম্বোইবা ওইরে। মাগী মরুপ মপাংশিংবা কনা কন্না হোৎনহুনসু মহাকপু মহুমদ অমুক হলহনবা ঙমদ্রে।

মাইবং-মায়া থদংতুনা মাধব লম্বোইহুনা লৈপ্রে হায়বা পাউ অদু নন্দনা ফংলে। মহ্ তাবদা মহাক্তি থোইদোক্না হয়াওরমই। মালতীগী মথোং কায়কপগী ফজবা কয়ানা লৈতেংলিবী অমবু মাপী মৌ ওইনা ফংলগনি থল্লুবদা অদুক অহল ওইরবা মন্দন হয়াওবগী ওগইথে অমুক লৈথিদ্রে। য়াম্না থুনা লুহোংনবা শিন-লাংবা হোয়কই।

লুহোংবা অমিং অদু য়ৌরক্রে। অমিং অছুমক্তদা ইথঙ-থঙহোদনা কদায়দগীনো পদ্মাবতী সহয়দা অঘোরঘন্টা কৌবা কাপালিক অমা লাক্রে। মাগী কপালকুণ্ডলা কৌবী শিষ্যা অমা মহাক্তা লোয়নরকই।

কাপালিক অঘোরঘন্টানা মী বলি তৌহুনা সিদ্ধি ফংননবা হোংনগদৌরিবনি—অহনা কাহেন্না ফজবী অুপীমচা অমা থিরক্লিবনি।

কপালকুণ্ডলানা মোংথকী লম্বীদা কোইপাই পাইহুনা মী বলি তৌনবগীদমক শকহেনবী অুপীমচা অমা থিরি। অদুগা অঘোরঘন্টা মশামক্তি মোংফমদা চংব্রে।

অহাংবা অত্তিয়াদা চংনা চংনা কপালকুণ্ডলানা উরক্লে মশক মতৌ ফজবা পাথং অমনা থম্মোয় শোক্লা লাউহুনা হায়রি। "কনাগুম্বনা ঐগী হকচাংগী তোংশা অসি পায়বদি ঐনা য়াম্না হয়াওনা মঙোন্দা তোংশা অসি দান তৌগনি।"

কপালকুণ্ডলানা ধ্যানগী শক্তিনা থঙলে মহুদি, পাথং অসি মাধবনি। পুক্নিবু অয়েথনি থন্দুনা মহাক্লা মতৌ অহুম্না মশাগী হকচাংবু দান তৌবা পায়ক্লিবনি।

ওইনিংবা ওইজসত্থ, কপালকুণ্ডলা মকম অহুদগী সহর তম্না চংখ্রে। মকম অহুদা কুপ্না কোইথি থিরবা মতুংদা ভুরিবন্নগী মচান্নুপী মালতীবু মকাক্না উক্নরে। অরা-মৈশানা কাহৎলবী মালতীনি—অহুম ওইনমক সহর অপুম্বা অহুদা কাহেন্না ফজবীদি মহাক মথোমতুনি।

মতম অহুদা কপালকুণ্ডলানা মালতীবু পুম্বনা মোৎকম তম্না পাইখ্রে।

লুহোংবগী পুংকম য়োয়খ্রে। মন্ত্রী নন্দন লুহোংবগী ফিজেৎ কৈতেংথুনা বর-কন্যমদা ফমখ্রে। মমাম্নবীশিংনা মালতীবু লুহোং-কমদা পুথোক্নবা মাগী কাদা চংলক্লে। অদুবু কদায় মালতীদি? মাগী হাংলবা কমুৎ ইচায় চায়থায়দুনা তাদুনা লৈ। মাইকৈ মরিদা কোইথি থিনরক্লে, অদুবু মকম কদায়দগুম মালতীবু কংবা লৈখিদ্রে।

কপ্না-কপ্না লাক্লগা ভুরিবন্নুনা কান্নন্দকীগী মথোঙদা তুমরে। মতম অহুদা কান্নন্দকীনা কমন্থুনা ধ্যান তৌদুনা মালতীবু থিরকই

অসোমদা মোংফমদা লৈবা কালীগী মন্দির অমদা কাপালিক অঘোরঘণ্টানা কালীগী পূজা তৌরি। মতম শাংনা অকনবা লাইনিং তৌরবা মতুংদা ওসি মী বলি তৌদুনা মহাক সিদ্ধি ফংননবা হোৎনগদৌরিবনি।

পূজা তৌবা লোইরে—কাপালিক বলিগী থাং পাইদুনা শেম-শাদুনা লৈরে।

কপালকুণ্ডলানা মালতীদা শেম-শাদুনা লৈমনবা হায়রকইদা অকিবনা থম্নবা থৌরোক অহু উবদা মালতী লাউ-খোঙ্গুমা কপ্লক্লে।

মালতীগী মীৎপ-মীয়াউখোল তাবদা মথুংতা খাংশাং পায়হুনা পাখং অমা মকম অহু তম্না চেল্লক্লে। মাবু উবমক্তদা মালতীনা হুকচাংদা থরায় অমুক নৌনা কাংজবগুল্লে, মহাক্না লাউনা হায়রকই “ঐবু কনবিয়ু মাধব! কাপালিক অসিনা ঐবু হাংকদৌরে।”

কপালকুণ্ডলানা মতম অদুদা কাপালিক্তা হায়রকই, “পাথ অসি বিদর্ভ লৈবাক্কী মন্ত্রী দেবরাতকী মচানুপা মাধবনি। মালতীগ মহাক্তা লুহোংনবা অতল মশেল হায়ন-শিংনপ্রবনি।”

মতম অদুদা অঘোরঘণ্টানা মাধবপু হাংকদবগী চংশিনল্লে মহুদা মাধব করিমত্তা অকিবা পোক্তে। মহাক্সু খাংশাং পায়দুনা কাপালিক তম্না ফুজিল্লক্লে।

অদুগী মতুংদা নখোয় অনি অকনবা লান্থেংনরে অমন অমবু লাকচবা ঙম্দে। মতম অদুমক্তদা খঙহৌদনা মন্দিরগী মপান্দা লান্মীশিংনা লাংবগী খোঞ্জেল তারক্লে।

অসোয়বদা কামন্দকীনা থ্যান তৌদুনা য়েংবদা খঙলে, মৌংকমদা করালা দেবীগী মন্দিরদা মালতীবু ফাদুনা পুল্লে। মদু খঙবগা মহাক্না নিংথৌদা পাউ অদু পীরুবে। অদুগা মতুংদা নিংথৌগী লান্মী পুদুনা লম্বোইবা অদু মন্দির অদুদা লাক্লে।

কাপালিক অমসুং কপালকুণ্ডলানা মতম অদুদা খঙবা ঙম্লে, নিংথৌগী লান্মীশিংনা মন্দির অদু কোইশিনল্লে। অসি খঙলদুনা খুদক অদুমক্তদা কাপালিক্না মাধবপু হাংননবা কন্না হোৎনরকই। অদুবু মহাক্কী অনিংবহু পাংথোকপা ঙমদ্রে। মহাক মশামক মাধবকী খুংলাইনা থীনা শোক্লে। মহাক লৈবায় ’থক্তা হাইখল্লে।

কামন্দকী মন্দির মমুংদা চংলক্লে। মাবু উবমক্তুদা মালতী মাগী মখোঙদা তুংখ্রে। কামন্দকীনা মালতীবু মথাদা চেক্লেং কোনথংপিখ্রে।

কপালকুণ্ডলানা মাগী গুরুদেব শিরঙনা তুঙনা লৈরিবহৃ উংদা হাশঙ্ককই, "ঐগী গুরুদেববু হাংপগী লমন ঐনা শোয়দনা খুংগনি।"

মাধব অমসুং মালতীবু পুঙনা কামন্দকী সহৱদা হল্লক্লে। মতম অঙুদা মী পুক্কমক হরাওবগী ঈথক হৌখ্রে।

লপ্লোইবী কামন্দকীনা মাধব অমসুং মালতীবু মন্দির অমদা পুখ্রে। ভগবানবু সাক্ষী থমঙনা কামন্দকীনা মখোয় অনি লুহোংবিখ্রে। অঙুগা মহাক্ক মখোয় অনীদা আশীর্ব্বাদ তৌরকই।

নিংথৌগী অচানবা মন্ত্রী নন্দন মাধবকা মালতীগা লুহোংবগী পাউ অসি তাবদা নৈ হৌনা শাউরকই। মহাক্ক মচা-মমাইশিংগনা মাধবকী মরুপ-মপাংশিং থেংনবমথৈ হাংপা হৌরক্লে। পাউ অসি তাবগা মাধব মন্দিরদগী মরুপশিংগী মতেং পাংবা থোকখ্রে। মন্দিরদা মালতী মতোমত্তা লৈহৌরে।

মতম অঙুদা মাধবকা মালতীগবু খিন্নকপদা কপালকুণ্ডলা মন্দির অঙুদা চংলাক্ল। মন্দির মনুংদা মালতী মথন্তা লৈ। মবম মহুনা মাগী থুদোং য়াম্না চাখ্রে। অতিয়াগী লমীদা মহাক্কা মালতীবু পুহনা চংখ্রে। মহাক্কা চংনা চংনা থল্লকই মহুদি মালতীবু শ্রীপর্ব্বত হায়না খঙনবা চীং অঙুদা পুরগা অকনবা দণ্ডি পীগনি। উপায় লল্লবী মালতীগী মথৱায় কঞ্জনবা করিঙবা লমী অমত্তা লৈখিদ্রে।

অসোমদা মাধব নন্দনগী লান্মৌশিংগা লাম্থুংনরি। অকিবা ফংলবা লাম্নি। লান্মৌশিং মাধব মথন্তুগা মাইয়োক্নবা ভুমখ্রে। নিংথৌনা থৌজোক অদু মাগী দলান মথক্তুগী য়েংলি। পাখং অমথক্তনা অদুক থৌনা ফনা লান শোক্লবদা লান্মৌশিং নিংহন্নবা উবদা শিংথৌ মপুক্লিং পেনখ্রে। মহাক্না শক থঙদবা পাখং অদুবু কৌহল্লুরে।

অদুগী মতুংদা নিংথৌগা মাধবকা শকথঙনরে। মাগী মশক মন্নিং থঙলবদা মহাক অমুক হেন্না পেনখ্রে। মাধবনা মালতীবু লুহোংলে হায়বা তাবদা অমুক হেন্না হরাওরদুনা মহাক্না হরাও-কুম্মৈ তৌনবা য়াথং পীখ্রে।

হরাও-কুম্মৈ অদু য়াওহন্নবগীদমক ভূরিবসুনা মাধবকা মালতী-গবু লৌবা লাকপা মতম অদুদা মন্দিরদ অদু ইহাং হাংলগ্রে। মালতী লৈরমগ্রহুনা মাধবতি মপাবুংনা থুংলজিন্দ্রিঙ্গী মমাংদা মাবু থিবা চংখ্রবনি।

নিংথৌগী মীনা অদুগা ভূরিবসুনা মাধব অমসুং মালতীবু থিরকই। অদুবু মকম কনায়দসু মথোয়বু থিবা ফংদ্রে। মতম অদুদা মথবান্না সুংগাইরহুনা মন্ত্রী ভূরিবসু চিতাদা মৈ চুথংতুনা মক্তোমগা শিজগদবগী থৌরাং তৌরক্লে।

মতম অদুমক্তদা সৌদামিনী কৌবা কামন্দকীগী শিষ্যা অমনা অতিয়াগী লম্বীদা মাধব অমসুং মালতীবু; মকম অদুদা পুরক্লে।

সৌদামিনী শ্রীপর্ব্বত্তা অকনবা লাইনিং তৌনবগীদমক চৎলুই; মহাত্মা মালতীবু কপালকুণ্ডলাগী মখুৎতগী কল্লপা পুম্নাং লাকপদা লম্বীদা থেংনহনা মাধবপু পুরকলিবনি।

হৌজিক সহর অতুদা খুৎতাংবা কুংম্ম তৌবা হৌরকলে। অপনবা কয়া, খুংলোংথীবা কয়া লাম্থোকপা মতুংদা মাধবকা মালতীগা অমুক থুংনখি।

# গ্রীক-বীর অমসুং সন্ন্যাসী

ঙসিদগী চহি লিশিং অহুমডোমগী মমাংগী বানি। মতম অদুদা ভারতবর্ষ অসি লৈবাক মচা মচা কয়া থোক্লা খায়দোক্লমই। অপিকপা লৈবাকশিং অদুদা পাল্লবা নিংথৌশিং অদু মথোয় মশেগ য়েংথিনরমই। মতম অদুদা সিন্ধু অমসুং ঝিলম তুরেলগী অরাং থংবদা লৈবা তক্ষশীলা কৌবা অপিকপা লৈবাক অদুদা আম্ভীনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই। লৈবাক অসিগী সহরগী মমিংসু তক্ষশীলা কোই। তক্ষশীলা মতম অদুগী ললোন-ইতিক্কা য়াম্না মমিং চংপা সহর অমনি।

মতম অদুদা পারস্য জয় তৌরবা গ্রীকবীর আলেকজেণ্ডরনা ভারতবর্ষবু লোইচন্নবগীদমক ভারতবর্ষগী অরাং-নোংচুপ ওমথৈদা থুংলে। পুরুষপুরগী নিংথৌনা গ্রীককী অথৌবদু তরাম তরাম কৌশিনখ্রে।

মেসিডোনিয়াদগী দিগ্বিজয় লাক্লিবা আলেকজেণ্ডরগী মতিক-মগুণ তাবদা ক্ষিরদুনা নিংথৌ আম্ভীসু লান শোক্লবা তৌদনা মহাকী মথ পোনবা য়াখ্রে।

পাউ অদু পঞ্চনদ লৈবাকী নিংথৌ পুরুগী মনাকোং য়ৌখ্রে। মরাক্লা থল্লবা রাখল পুন্নমক অরেপ্পা ওইরে। মানা থল্লমই, নিংথৌশিং অদুনা অতুক লায়না য়েক্লবগী মথুংতা মরৈবাক শীথোকখিরোই লান্দাবা লাক্লিবা য়েক্লবা আলেকজেণ্ডরবু থিংনবা লান শোক্লনবগী-দমক মথোয়না মাগী মতেং লৌরবা য়াই। অদুম্বা থন্দুনা মহাক নিংথৌশিং অদুগী মতেং পাংনবগীদমক শেম-শাদুনা লৈরিবনি।

থোনা ফবা পূরু শাবীনা নিংবা কায়বে। অহুবু মহাক মথোদাংদগী নিংহয়দে। মহাক লানগীদমক শেম শাহুনা লৈ। মতম অহুদা মাগী অরোনবা পাউ পুবা হুপা অমনা মচোন্দা খঃহল্লবে মহুদি, তক্ষশীলাগী নিংথোবা আংভীনা রেকুবগী মথা পোনখিবা অহু কিবতনা নত্তে, মরু ওইনা মহারাজ পুরুবু য়েংখিবদগীনি। মহাক্না য়েক্লববু অস্মা মবৈবাক্তা তরাম তরাম কোশিল্লবস্ু তক্ষশীলাগী সন্যাসী অমসুং বৌদ্ধ ভিক্ষুশিংনা অচেৎপা বাণক লৌনহুনা প্রজা পুম্নমক ইরাং হৌহল্লবা কন্না চোংনরি। মথোয়না নিংথৌ আম্ভীগী মফমদা খঙহল্লে মহুদি, মাগী ফিরেপ হোংগদবনি। অতু ওইরবদি অচম্বা প্রজা পুম্নমক্না মহাক্তী মত্তেং পাংগনি।

পাউ অহু তক্ষশীলা সহরদা লৈরিবা অথৌবা আলেকজেণ্ডরস্ু মাগী অরোনবা পাউ লৌবা মীওইদগী ফংলে। মতিক-মগুাল লৈবা অথৌবনি হায়দুনা আলেকজেণ্ডর মশামক থোইদোক্না চাউথোকচরিবনি। অহুবু মহাক্না করিগুম্বদস্ু লানগী মীতিবু থোশাদবা অমদি চেকশিন্নবা খক তৌদে। য়েক্লবা তুংদা খননহুনা মাংদা চংশিন্নবদি থূদোং থীনিংত্তাইনি। ভারতবর্ষগী লৈবাক অমদি মীওইশিং অহুবু মহাকনা খঙবা ঙমত্রি। অহুম ওইনমক লৈবাক অসিগী লাম্মীশিংগী লান্দা ঐ শিংবনী মরম তাই অমসুং মহুৎগী হেন্না ভারতবর্ষগী জ্ঞানগী মরমদস্ু তাদবা নত্তে।

গ্রীসকী জ্ঞানা ইউরোপকী জাতিশিংগী মরক্ত অথোইবনি। অহুবু ভারতবর্ষগী জ্ঞান অমসুং অকনবা লাইদা মথোয় ঙক্লিবনি।

মোংমা আলেকজেণ্ডরনা নিংথৌ আম্ভীদা হায়রকই, "মহারাজ আমভী, নহাক্কা ঐগা মরুপ শারবা অসিদা অদোমগী প্রজাশিংনা য়াম্না পেন্নদ্রে হায়না তাই। বাকম অসিবু চুম্বরা?"

ভাইহাক তুমিন্না লৈরগা আমভীনা মঙোন্দা বাকম অদু অচুম্বনি হায়বা খঙহনজ্রে। অদুগা মহাকনা হায়রকই, "অথোইবা সম্রাট, পেন্নদ্রিবা অসি অচম্বা প্রজাশিং নত্তে। কাংলুপ অমগী মীওই খরতনি।"

আলেকজেণ্ডরনা হংলকই, "মখোয় কনানো? করম্বা কাংলুপনো?"

আমভীনা হায়রকই, "মখোয় সন্ন্যাসীনি। ব্রাহ্মণ, বৌদ্ধ অমসুং পণ্ডিতশিং কাংবুত্তনা ইরাং তৌনবা শিল্লিবনি। ঐহাক্না মখোয়না—"

"করি তৌরকনবগে? অদোমগী করিগুম্বা মাংলনবা শিল্লক্রবা?" অসুম্না গ্রীকশিং অথেবনা হংলকই।

আমভীনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐগী মাংলনবা তৌদে, সত্র টকা ঐগা য়েংথিনবা কম্না হোৎনরি। মুমিং থুদিংগী মখোয়না ঐহোন্দা চিঠি অমমম থাবকই। চিঠিশিং অদুগী অথোইবা মরমদি অসিনি, পঙথরগনু, মিংকপ থোক্লো, পুক্লিংনা অথোইবনি হায়না তশেংনা থাজবা ছয়বা অদু তৌ। অদুগা থোইদোকপা মথল অমগী চিঠিগী অশঙ্বা মরোলদি অসিনি, ইশাগী ধর্ম থাদোকপা তৌদনা শিবনা হেন্না কৈ, অতোপ্পগী ধর্ম লৌবদি থোইদোক্লা খুদোংচীনিংঙাইনা।"

হায়রিবা অসিগী মরমদা ঙাইহাক খল্লগা আলেকজেণ্ডরনা হায়রকই, "মহারাজ, মখোয় অহবু তুংএইনম থাদোক্নুনা হায়রবদি খুৎম চনশিল্লমদনা থনমহনা ঐ মাংলোমদা চংশিনবা ঙম্মোইদৌরি। মরমদি রাজনীতি অমসুং লানগী নীতিগী মতুং ইন্না অসুম্না তৌবসি য়াদে। অদুনা মখোয়বু হাল্লা লাকশিবা নত্রগনা ঐ হনখিবা ঙাই। অদুবু ঐদি করিগুম্বা ফিভমদসু হল্লোই। করিগুম্বা ঐ লৌজিক হনখিব খোক্লবদি অদোমসু খুদোং চাতৌরোই। মরমদি ঐগা মরূপ শান্নরকগীনমক লৈবাক অসিগী প্রজাশিং অদোমগী যেকবা এইরক্নি অদুগা অতোপ্প নিংথৌশিংনা মহুগী খুদোংচাবা সৌহনা মহারাজগী মপক্তা লান্দাগরক্লোইসু হায়নিংঙাই লৈতে।"

রাখল খম্ন খল্লা আন্তীনা হায়রকই, "অচুম্বনি সম্রাট।"

মক্তম অতুদা গ্রীক-অথৌবনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি, মহারাজনা চানবিহনা মখোয় অহুগী লুচিংবশিং অহু কাননবা হেৎনবগা ঐগী ইতেং পাগনিয়ু। লৌশিং চাউবা পণ্ডিতকী মীওইদি জাতিগী চাউথোক্লিংঙাইগী মশক্তি; অদবু ফত্ত-লৌশিং চাউবা, হিংসাগী রাখল চেনবা মহাক অহু ফনা জ্ঞান লৈবসু ওইসনু, মহাক্তি হু চেনবা তিংথংগা পাংখক্লি। মখোয় অহুবু মাংহনবনা চুমই।"

মতম অহুমক্তদা গ্রীক লাম্মীশিংগা আন্তীগী লাম্মীশিংগমা সন্ন্যাসী তরাখক ফাহনা পুরক্লে। সন্ন্যাসী কাংবু অমনা গ্রীককী লানশঙ অমদা লান্দারকই। মখোয় অয়াম্বদি লাম্মীশিংনা হাৎলে, খরনা চেনল্লে, অদুগা খরনা ফারক্লিবসিনি।

মরৈবাক নিংবা সন্যাসীশিং অমুবু মূমা য়েংলগা আলেক-জেণ্ডরনা হায়রকই, "নখোয়না ঐগী মাইয়োক্তা অচম্বা প্রজাশিংবু ইয়াং হৌইমবা হোৎনরি, ঐগী শক্তি মথেং তাহনবা কয়া শিল্লি। ঐমা নখোয় তরাবু হাংপগী দণ্ডি পীগনি।"

অসি তাবদা সন্যাসীশিং অমু নোক্লকই। মখোয়না মথুংম কজনবা করিগুম্বা বা অমত্তা হায়জদে।

মতম অমুদা আলেকজেণ্ডরনা হায়রকই, ". ন ক্রি ? ঐ , ঐনা নখোয় অমমমতা ওইনা হাৎননবা য়াথং পীগনি। অদুগা নখোয়বু অমুকী মতিক মীহাৎ থীনা হাৎকনি মদুদি, মমু টদা বনাসু ঐগী মাইয়োক্তা লেপ্পা ওমদনবা। নখোয়বু হৎকদব মীহাৎতি অমগা-অমগা থক মায়হ'ল্লাই। নখোয়বু অপঙ অশিং মথং-মনাও নাইনা থওদোক্লবা হায়া তোৎনখিগনি। অদগা নখোয়গী মরক্তগী খ্বাইদগী শিংবা বাৎপা অমুবু ইহান-হায়া হাৎকনি, অমুগী মথংদা মক্তোন্দগী থরা হেন্না শিংবা অমু হাৎকনি। মতৌ অসুম্না নখোয়বু অমমমত্তা ওইনা মথং মথং হাৎতুনা মীমাপল হাৎলগা ইকোন-কোনবদা খ্বাইদগী অশিংবা মহাক অমুবু হৎকনি। মহাক অমুবু নখোয় অমমমবু মীহাৎ থীনা হাৎপা অমু মমিং থিৎনা য়েংহনগনি। অসুম্না য়েংগুমদ্রবা থৌদোকশিং অমু য়েংহন্দুনা মাবু লাক্লগা হাৎকনি।"

অসি তারবদসু সন্যাসীশিং অমু হায়গুম খোমজেলদি থাত্তনা নৌক্লকই। সন্যাসী অমনা মখোয়গী চৌংলেম্বা অমু খুগাবরহন্না থওনিংবগা লোয়ননা হংলক, "অপঙবা! ঐখোয়বু কনানা বিচার

তৌগদগে অথোবা ? অদুগা বিচারনা করম্বা মওংদা তৌগ-দৌরিবনো ?"

আলেকজেণ্ডরনা হায়রকই, "ঐনা নথোয় খুংনবক্তা ব্রাহ্মণ অময়ম থংগনি। ব্রাহ্মণশিং অদু তোংভান তোংভানগনি, অমত্তা মায়রোই। ব্রাহ্মণশিং অদুগী পাউখুমগী মতুং ইন্না কনানা খাইদগী লৌশিং লৈবগে হায়বা বিচার তৌগদৌরিবনি।"

সন্যাসী অদুনা হায়রকই, "বিচার কনানা তৌগদৌরিবনো ? ঐখোয়না অথোবা নশামকুদনা ?"

আলেকজেণ্ডরনা হায়রকই, "নত্তে, বিচারদি অতোপ্পা মীশক অমনা তৌগনি।"

সন্যাসী অদুনা হায়রকই, "ফরে, মদুদি অথোইবা নিয়মনি, খাইদগী অচুম্বা লম্বীনি। বা অসি তাবদা ঐখোয় শুপ্পগী থুংচাক-বদা নত্তে। মাসিদা থঙাশিংবা অময় পোক্লে।"

আলেকজেণ্ডরনা সন্যাসীশিংদা ব্রাহ্মণ হংবা হোরক্লে। অহানবা সন্যাসীদা মহাক্না হংলকই, "হায়ু সন্যাসী, পৃথিবীদা অহিংবা অমদি অশিংবা অনি অসিগী মরক্তা কয়ম্বনা মশীং য়াম্বগে ?"

অহানবা সন্যাসীনা খুদক্তা পাউখুম পীরকই, "অহিংবগী মশিংনা হেল্লি, মরমদি অশিংবশিংদি পৃথিবীদ অমত্তা লৈত্রে।"

মু পা অমনা ব্রাহ্মণ অমম্বুং পাউখুম অদু ইশিন্দুনা থমখ্রে।

আলেকজেণ্ডরনা অনিশুবা সন্যাসীদা হংলকই, "থবায় পান-বগী মশীং কদায়দা লৈবনা হেনবগে — কংফালদরা ঈশিংদরা, পৃথিবীদরা সমুদ্রদরা ?"

অনিশুবা সন্যাসীনা খুম্লকই, "কংফালদা, পৃথিবীদা লৈবনা হেল্লি। কংফালনা ঈশিংবু কোইশিন্দুনা থম্লিবনি, সমুদ্র পৃথিবীগী শরুক অমনি।"

অহুমশুবা সন্যাসীদা হংলকই, "শাশিংগী মমুংদা খ্বাইদগী হেন্না শিংবা কনানো?"

সন্যাসী অদুনা খুম্লকই, "অহুমশুবা শা অদুদি ঙসি ফাওবা মীওইবগী শকথঙ-মাইথঙনাদ্রি।"

আলেকজেণ্ডরনা মাংশুবা বাহং হংলকই, "নখোয়না নিংথৌ আন্তীবু লানহৌবা অমা ওইহনবগীদমক হোৎনরিবদি করি মরমনো?"

মরিশুবা সন্যাসীনা পাউখুম পীরকই, "মরমদি ঐখোয়না থম্মোয় শেংনা পামই মতুদি, মহারাজ আন্তা ইজ্জৎকা লোয়ননা হিংসনু অহুগা শিসনু"

মঙাশুব সন্যাসীদা গ্রীক্কী অথৌবা হংলকই, "পৃথিবীদা অঁহিং অমসুং নুংথিল অনি অসিগী মরক্তা করমনা হাপ্না লাকপগে হায়রু?"

মঙাশুবনা পাউখুম পীরকই, "নুংথিলনা হাপ্না লাকই, অহিংদগী নোংমা বাংজোননা নুংথিল শেমথি।"

পাউখুম অসি তাবদা আলেকজেণ্ডর ইঙক-ঙকখ্রে। মহাকনা সন্যাসী অদুবু চঙকননা য়েংলকই। মতম অদুদা সন্যাসী অহুনা হায়রকই, "গ্রীক-অথৌবা, ওইথোক্কবা নাতে হুক্কবা বাহংগী পাউখুমসু ওইথোক্কবা নাতে হক্কবা ওইগদবনি।"

মতম অদুদা আলেকজেণ্ডরনা তরুকশুবা সন্যাসীদা হংলকই, "মীওইবনা করমতৌদুনা মশাবু অতোপ্পগী মকমদা হুংশিন্নগদগে ?"

তরুকশুবা সন্যাসীনা হায়রকই, "শক্তি য়েনা লৈদুনন্না অতোপ্পবু কিতন্নবা শক্লোন লৌদবা অতোপ্পগী মকমদা হুংশিন্নবা অমত্তা ছাইবা লৈতনি ।"

আলেকজেণ্ডরনা তরেৎশুবা সন্যাসীদা হংলকই, "মীওইবনা করম তৌরগা ঈশ্বর ওইবা য়াগদগে হায়য়ু ?"

সন্যাসী অদুনা খুমলকই, "মীওইবনা তৌবা ঙমগদবা ওইথোক্কবা অদুমথৈ তৌবা ঙমগনি ।"

আলেকজেণ্ডরনা নিপালশুবা সন্যাসীদা হংলকই, "অশিবগা অহিংবগা কনানা হেন্না শাক্ত লৈবগে ?"

নিপালশুবা সন্যাসীনা হায়রকই, "অচংবনী । করিনীনো হায়ববু অচংবদি চুপবা অমসুং অরানবু লৌশিল্লি, খাংবা ঙমই ।"

মাপলশুবদা হংলকই, "হায়য়ু সন্যাসী, মীওইবনা হুমিং বয়ানি ঙিংদুনা লৈবনা ইকাই-খুম্নিংঙাই মশক ওইগদগে ?"

সন্যাসী অদুনা খুদক্তা পাউখুম পীরকই, "য়হাক্না শিবদগী হিংদুনা লৈবনা অফবনি হায়না খাল্লবা হুমিংশিং অদুমথৈ ।"

অরোইবা বাহং ওইনা আলেকজেণ্ডরনা তরাশুবা সন্যাসীদা হংলকই, "কনাগী পাউথুম্না খ্বাইদগী হেন্না ফংজবগে ?"

সন্যাসী অদুনা হায়রকই, "থুমিংবকী পাউখুম অতোপ্পদগী ফংজে ।"

আলেকজেণ্ডর—হায়বদি ?

সন্যাসী—হায়বদি মখোয় খুদিংমক্কী পাউখুম্মক পাউখুম খুদিংমক্কী কৎতে।

আলেকজেণ্ডার—অহু দি নহাক্ত ইহান হায়। কাংপ তারে।

ডরাগুবা সন্যাসীনা হায়রকই, "অচু ওইরবদি নহাকা বা অমম্তুং অকা। মীংচৎ মীনশ্বা ওইরগনি। ঐনা রায়েনবা অমা ওইনা ঐগী পুক্লিংগী অচুবা বায়েপ মিংশিংজখিবতনি। ঐনা কনাগী কক্লিগুম্বা বাহংগী পাউখুম অমত্তা পীখিদে।"

ডাইহাক তুম্মিন্না খল্লগা আলেকজেণ্ডরনা হায়রকই "নখোয় পাইরক্কী লৌশিং য়াম্না লৈ। লৌশিং য়াম্না কুপ্পি অমম্তুং বিড়া য়াম্না লৈ। লান লোইত্রিবা ফাওবা নখোয় ঐগী বন্দী ওইনা লৈবা তারে। নরৌশিংগী পাঙ্গলবা নখোয় হাৎপগী মতিং ফংগদবদগী নাম্বোক্লে।"

মতম অচুদা আলেকজেণ্ডরনা খল্লকই, মখোয় অসিদগী হেন্না জ্ঞান লৈবা থাইদগী অবাংবা মখলগী মীওই লৈরমখিগদ্রা? মপুক্লিংগী চিংনবহু কোক্লনবগীদমক্তা মহাক্না আস্তোগী মকমদা হংবদগী মচুগুম্বা মীশক লৈ লাববা খণ্ডলে। অচুগা অথোইবা সন্যাসী অচু কোকয়বম্ লাক্লোই হায়বা আস্তোনা মঙোন্দা খণ্ডহল্লে।

আস্তোগী বা তাবদা আলেকজেণ্ডরনা ওকনা হায়রকই, "করিগী লাক্লোইদগে? ঐনা মাবু ঈকাই-খুম্নবগা লোয়ননা কৌহল্লুগনি। মহুদা মহাক লাকউ হায়বা য়ারকপা থোক্লবহ নমহুনা লাকহনগনি।"

অসি তায়রগা মহাকনা গ্রীক্কী দার্শনিক ওইবা মন্ত্রী অমবু সন্যাসী অদুগী মনাক্তা চৎলু হায়রকই। অদুগা মহাকনা হায়রকই, "সন্যাসী অদুদা ঈকাই-খুম্নবা খঙহনগদবনি মহুদি, লাইশিংগী নিংথৌ জিয়াসকী মচানুপা, মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী অখোইবা, সম্রাট আলেকজেণ্ডর ঐনা মাবু কৌরি। ঐ মাবু উনিংই। মহোন্দা মনা পীনিংই। অদুবু করিগুম্বা ঐনা হায়জবসিদা মহাক্না য়াদ্রবা হায়বদি ঐগী য়াথং ঙাক্রুবা অদু ওইরবদি ঐগী লান্মী থাদুনা মাবু কাহল্লুগনি। ঐনা মাগী অককপা মকোক অদু উরগা মাবু য়েংনিংবগী থৌরাংবা কোকহনগনি।"

গ্রীক-মন্ত্রী অদু নিংথৌ আস্তীগী মীগা লোয়নবা তক্কদীলাগী চীংথোংদা লৈবা উমং অমদা চংলক্লে। উমং অদুগী ময়াই য়োশিল্লকপদা গ্রীক-মন্ত্রীনা উরে, উনা মথক্তা সন্যাসী অমা হিপ্তুনা লৈ। মাগী মশা পুম্বদা উনা-বানা মচেং অমত্তা ফাওবা কুপ্তে। মহাক করিমত্তা শেংতে, ইন্দে। মহোন্দ অঙৈং-অশা থায়দে, চোৎপা কংবা নাইদে, ঈকাইবা হংঙাইবা লৈতে, মুংঙাক-মদা তাউদুনা অশিকপা অঙাংগুম উনা মথক্তা হিপ্লি। সন্যাসী অসিগী মমিং দন্দামিস কৌই।

গ্রীক্কী দার্শনিক অদুনা ঈকাই-খুম্নবা উৎলকই। অদুগা মবুংত্তো সম্রাটনা হায়রকপা মতুংইন্না মহাক্না শাস্ত্র কয়া লৈনদুনা সন্যাসী অদু মগুণ কয়া য়াম্না লৈবা মীশক্নো খঙননবা হাংনরকই। অঙকপা গুণ কয়া চেল্লবা সন্যাসী অদুগী অশেংবা শক্তম খঙলবা মতুংদা গ্রীক্কী দার্শনিক অদুনা আলেকজেণ্ডরনা হায়রকপা বাক্য

অহূ তম্রে। অহূবু মনা পীনিংই হায়বা অহুগী যথাদি সন্যাসী অহুগী মফমদা মহাক্না তম্না ওমম্রে।

অতিয়াদা য়েংহুনা হিপ্লিবা সন্যাসী অহূ করিমত্তা থৌপ্লাদ্রবা নৈ। আলেকজেণ্ডরনা মাবু কৌবগী বাকম অহূ ফাবদা মহাক মপুক্কিং লাংগক্লবগী করিগুম্বা ইঙ্গিত অমত্তা উবা ফংদে।

মতম অহুনা গ্রীক মন্ত্রী অহুনা হায়রকই, "চংলুপ্তবদি সম্রাটকী ম্রাথংদগী মাগী লাম্নীবিংনা লাক্লুনা সন্যাসীগী ওক করবগনি। অহুনা হোগংপিরে, ঐগ লোয়ননা লেংলসি।"

অ স ফাববা ফাওবা সন্যাসী থজিক্ত লেং-ওংতে। অহূবু মতিনবান থজিক্তং লেংহুনা নোকফেং তৌরকই। অতিয়া 'থক্না অহুম য়েংলহুনা মহাক্না হায়রকই, "গ্রীক-কয়াইবা, করিগুম্বা আলেকজেণ্ডরনা লাইশিংগী নিংথৌগী মচাহূপা ওইরবদি ঐ করিগী অথোইবা জগৎগী মচা ওইরোইদগে? মহাক্না ঐত্তোম্না মমল য়াম্রবা মনা পীগনি হায়রবা থওহল্লক্ল। অহূবু ঐগীদি অরাং অপা করিমত্তা লৈতে। অহুগা অপাবম্ব লৈতে। ঐ উমং অসিগী ত্তনা মথক অসিদা হিগুনা পৃথিবীগী অথোইবা মীগী মতৌশুব পুংক্নাইনা লৈরি। ঐনা আলেকজেণ্ডরগী মনাক্না চংদু-নবগী থোইদে.কপ. মরম করিসু ত্তদে। ঐগী অরাং-অপা কোক-হুরবা শিনগে হায়রক্লিবা আলেকজেণ্ডর মশামকী অরাংপগী ওমথৈ লৈত্তে। মহুগী বৈশানা তপথবা ওমজহুনা মহাক মরৈবাক থাদোক্লুনা অঙৈং-অশা থায়দনা চীং-তুবেল করা লাম্মুনা উমং বামং করা শমহুনা থাংলোমদা চেনশিন্না। গ্রীক-কয়াইবা, নহাক্না

মঙোন্দা হন্খু,—ঐনা ময়াথং ইগ্নগদবা, নিংজবিবা মহাক অহুদি ভগবানি। আলেকজেণ্ডর লাই নত্তে, মীনি; মোংমদি শিগনি। ইশ্বরনা কনাগীন্থু বাননবা কবিঘত্তা তৌদে। আলেকজেণ্ডরবু অশিবগী রহস্য খঙলবরা? শিরবা তুংদা কবি লৈবগে খঙলবরা? মহাক্না ঐবু হাংকনি হায়রা কিহল্লি। ঐদি শিবগীদমক অকিবা লৈদে! ঐগী আত্মাদি অক:-অপূন য়াউত্রবা আত্মানি। ঐদি চংশোয়গী সম্রাটকী প্রজা নত্তে; অপাম-মীহৌ চাউবা য়ুম্নানবা মী নত্তে। ঐ চাক্লিবস্থ নত্তে। মরম অহুনা নথোয়গী নবুংঙো অহুগী ননাক্তা চংলুবগী লৈগী কান্নবা কবিমু কৈদ্রে। মহাক্না পাল্লবদি ঐগী গুক অসি ককহল্লবা য়াগনি।"

হায়রিবা পুম্নমক অসি ভাবদা গ্রুবা গ্রীক-দার্শনিক অহু আলেকজেণ্ডরগী মনাক্তা লাক্লে। অহুগী মতুংদা মহাক্না সম্রাটকী মকমদা সন্যাসী দন্দামিসকা উন্নরকপগী মরম 'পুবা তম্লে। মরম পূম্নমক য়ুম্না ভাববদসু আলেকজেণ্ডরনা সন্যাসী দন্দামিসপু হাংননবা য়াথং পীদ্রে। মহাক বাখলগী ঈরাইদা তাউহুনা লৈদ্রে।

মতম অহুদা গ্রীক-মন্ত্রী অহুনা মঙোন্দা হংলকই মহুদি, সন্যাসী অহুগী মঙক কল্লগা মকোক অহ লৌকগত্রা হায়বা। আলেকজেণ্ডরনা মাবু থামাজল্লত্তনা হায়রকই, "নত্তে মাগী অককপা মকোক লুরকপগী কান্নবা লৈতে; মহমদি মহাক্কি লাক্লরোই। অহুনা ঐ তৌজিকমক মাবু উন্নবা চংলগনি"

আলেকজেণ্ডরনা দন্দামিসপু উবদা নোক্লকবা গুমথিদ্রে। মাগী খৌনা, লিংজেল, অথাংবনবা, পাঙল, লৌশিং পূম্নমক

অচম ওইরবা সন্যাসী অদুগী মমাংদা উং ওইরম্লে। কিয়াউরবা ব্রাহ্মণ অদুগী মফমদা আলেকজেণ্ডর মতৌ অশুম্বা মাইথীবা হনখি।

অদুগী মতুংদা পুরুগা আলেকজেণ্ডরগা থকতবা লাংথেংনখি। লানফম অদুদা আলেকজেণ্ডরনা মাই পাখি। অদুবু মহারাজ পুরুগী অশুম্বা মথৌনা উবদা মহাক ফজরব উরগিদে। বন্দী ওইরবা নিংথৌ পুরুদা আলেকজেণ্ডরনা হংলকই— অদুগুম্বা হৌজিক করম্না ব্যবহার ফংগনি হায়না থমবিবগে মহারাজ পুরু?

মাইথীবা পুরুনা খোন ফনা খুমখই, "নিংথৌ অমনা নিংথৌ অমদা চংকদবা ব্যবহার অদু।"

মসি তাবদা অথৌবনা অথৌবা মশুগ খঙলুবা আলেক-জেণ্ডরনা পুরুদা মরৈবাক অমুক হন্না পীথোক্না মরূপ শাম্মখি।

অদুগী মতুংদা লান্মীশিংনা মাংদা চংশিনসি য়াংলবদগী আলেক-জেণ্ডর নিংবা কানবা মরৈবাক চনবা তাখি। মহাক্কা দন্দামিস-কুম্বা কালানস কৌবা সন্যাসী অমবু গ্রীক তম্না পুখি।

লম্বীদা থঙহৌদনা কালানস নাম্লে। লোংমা মহাক্না আলেকজেণ্ডরদা হায়রকই, "আলেকজেণ্ডর, ঐ বেসিডম যৌবা য়ারোই। মরমদ ঐ লাইনা অসিদগী নাম্থোকপা য়ারোই, শোয়দনা লম্বীদা শিরগনি। অদুনা নহাক্কী নকমদা বা অমা হায়নিংই।"

আলেকজেণ্ডরনা হায়রকই. "করিনো তাকপিয়ু মহর্ষি?"

কালানসনা হায়রকই, "মহাক্কা ঐতিহ্যক চিন্তা অমা লেপ্লকপা থাদং পীরে। ঐ শা-চাগী মতোংঅম হকচাংদা অমা মৈশা লাংলুনা শিবা পায়দে। অদুনা ঐ হৌজিক হকচাং অ দোকে লেপ্লে। ঐনা চিন্তা মথক্তা ধ্যান তৌদুনা ফজবা নবোদ্ধুবা মৈ চুপ্কদবনি।"

অসি তাবদা আলেকজেণ্ডর তকপনা তম্বৈ লৈখিদ্রে। মহাক চত্রুনা ভারতকী অচৌবা সন্যাসী অদুগী মাইথোং য়েংহুনা লৈরে।

কালানস চিন্তাদা কাবংপগা মৈ কৌবা লাইদা লাইনা চেলবা তকচাং অদু কংথোক্তুনা মুক্তি ফংখি। চিন্তা অদুদা কনানা মৈ চুখিবগে হায়বা ইতিহাসতদি ময়েক শেংনা তাক্লম্দে। অদুবু মদু আলেকজেণ্ডরনা নত্তনা অইনা কনানা তইরমোই। মসিদা চক্লিংতাই লৈতে। খেওস লৈবাকা তাকুবু দতি পীবা চৎপদা আলেকজেণ্ডরনা থাজোকপিখি। লাকা মাইথীবরা পুকদা মরৈবাক অমুক চম্না পীথোক্তুনা হাবু নিংথো অমা ওইনা মহাক্না ঈকাইখুম্নবা উৎখিবনি। অদুগা মহাক অন্দামিসকী মীচৎ যোক্না মরু লুনা থাংখিবনি। মহাক্না কালানসকী চিন্তাদা মৈ চুপৎলুনা মচা অমগী মথোদাং তাকখিবনি।

# বাসবদত্তা

থাইনা মমাংদৈদা চিন্তামণি কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মহাক মতিষ্ক-মণ্ডপ যাম্না দৈ। মহাকী মখং মতৌ ফজবা মচানুপা অমা পোকই। অতুক রাশি গুণ চংথোম্না ফজবা অঙাংদি অঙাংবনি। মাবু উবা মী খুদিংমক্তা কজবগী লাই কন্দর্পনা নিংথৌ চিন্তামণিগী মচা ওইনা পোক্লবা হায়না খল্লে। অদুনা অঙাং অদুগী মমিং নিংথৌনা কন্দর্পকেতু হায়না থোল্লি। অঙাং অদুগী অহকপা কংলবা মশক অদু উবদা মী পুম্নমক ঙক্লমই;

নোংমা নোংমগী কন্দর্পকেতু। মহুপা লোয়ননা মাগী ফজবগী চাংদু অসুম অসুম হেনগৎলকই। মহাক পাখং ফারক্লে। দৈবাক কয়াগী নিংথৌ অমসুং অচৌবা কয়াকঙবশিংমা নিংথৌ চিন্তামণিগী মচানুপা কন্দর্পকেতুদা মচানুপী থাজানিংঙ। মরম আসনা মখোয়না মচানুপীবু মখৌ ওইবিনবা চিন্তামণিগী মফমদা কয়া ছায়জব হৌরক্লে। অদুবু মমা নৌনা নুপী থাজনবিরবদি মচানুপ অদু বিত্তা তঙদ। অপনবা থেক্লবা ম্যাক থন্দুনা নিংথৌ চিন্তামণিনা মখোয়দা বা থম্লাইনবা পাউথুম পীথ।

অদুবু মাওংবনা পাম্বনা অমনি অদুগা বিধাতানা তম্না ...নি। ছায়ন-শিংনরিবা নিংথৌ কনাগী মচানুপী অমত্তনা কন্দর্পকেতুগী ঙকশনদা দৈ পবেং হক্লবা খুদোং কংথিক্লে।

নোংমা অহিংদা নিংথৌমচা কন্দর্পকেতুনা মমঙদা মপা দৈতনা ফজবী মখোক কারক্লিবী নুপীমচা অমবু উরমই। মতগী

ধুপীমচা অদু উরুবদগী নিংথৌমচা ভূত চুবগুমক্রে। ধুপীমচা অং কনানে, মফম কদায়দা লৈবগে হায়বা মহাক কঙ্গিমত্তু থত্তদে। অদুবু মহাক শকহেনবী অদুবু উনিংবন অত্তাওবগী শান্নমজবক্রে। মহাক শকথত্তদবী অদুগী বাখলদা মতম পূম্নমক্তা তাউদুনা লৈক্রে। মহাক্না মিংকুপ অমত্তা ফাওবা শকহেনবীদুগী বাখল থাদোকপা ঙম্‌খক্রে। মহাক চাবা-থকপা, তুম্বা-চিম্বা চরাও-তয়াম্বা পুম্নমক থাদোক্লুনা মমতদা উখিবী অদুগী মরমদা থন্দুনা লৈ।

নিংথৌমচা কন্দর্পকেতুনা মাইকৈ মখিদা মী থাদুনা লৈবাক শিন-থুংনা মমতদা উখিবী শকহেনবী অদুবু থিজনবদা ফংক্রে। অদুনা মহাক শাথীনা নিংবা কায়রে।

কন্দর্পকেতুগী য়ান্নবা চান্নবা মরুপ মকরন্দ কৌবা অমা লৈ। মতম অদুদা মকরন্দনা মরুপ নিংথৌমচাগী অববা অদু য়েংদুনা তুম্মিন্না লৈথোকনা অমুক ঙম্লকত্রে। বাখলনা কাহৎলব মরুপকী মাইথোং য়েংলদুনা মকরন্দনা হায়রকই, "রাজকুমার, অদু য়োনা নিংবা কায়থিগন্নু। মম্নাম্না থিবদা ফংত্রবস্তু ঐনা মাবু ফংননবা থিরুগনি। করিমত্তা চিংনবা লৈতনা মতম থরদং ঙাইবিরম্মু।"

মতম অমদা কন্দর্পকেতুনা হায়রকই, "মরুপকী বা তাবদা ঐগী অবাবা পুম্বা ময়েং থংজা তাক্লে। মহাক্না চংদুনা মাবু থিরুবদা [illegible] যদনা কান্নবা ফংগনি থাজৈ। অদুবু ঐ ইশাগী থুংঙাইরবা কাম্নুং অশিদা নহাক হন্নকপা ফাওবা ঙাইদুনা লৈবা বানা থোকদৌরি। অদুগা ঐগীদমক নহাক নত্তোমতনা অদুক অবাবা

পাইশিনখ্রে। অশুম্না মপু যাইবা নিবা ব্যাঙ্গমীনা মপুরোইবা চল্লকুবরা হায়বা মচুমদগী পাইথোক পাইথোকতুনা হেক হেক লেংলি। ভাইতাক লৈরগা ব্যাঙ্গমা মচুমদা হঞ্জিল্লক্লে। ব্যাঙ্গমীসু মচুমদগী অমুক পাইথোকখ্রে।

অদুগী মতুংদা ব্যাঙ্গমা অমসুং ব্যাঙ্গমী মীওই-মনাও ওয়ারী শারকই। কন্দর্পকেতু অমসুং মকরন্দনা মখোয়না শানরিবা অদু তারি।

ব্যাঙ্গমীনা মপুরোইবা থোংলগুনা হায়রকই, "নিত্তিগী হঞ্জিল্লকপা মতম থেল্লগা ফাওবা লল্লকখ্রবদি ঐ থব'য় য়াম্না ৱাই, ইচুমসিদা হাইহাক্তা পুক্নিং লৈতানা লৈবা ঙমদে হায়বা কয়ারক হন্না হায়রক-খ্রবনি। অদুবু ঙসি মতম চাদনা হঞ্জিল্লক্লিববু লম্নী লমথাংদা করম্বা খুদোংখিবা নংবিরুবগে ?"

"নঙনা হায়বদু ঐ থক কাউদে। থবক খুদিংমক মতম চানা তৌগদবনি হয়বা ঐসু থজই। অদুবু ঙসিদি ওল্লোক্লা ওক্লবা খোদোক অমা উরকই। অদুনা ঐ মতম চানা হঞ্জিল্লকপ ঙমহৌ-দ্রিবনি।" অমুম্না ব্যাঙ্গমানা হায়রকই।

মপুরোইবগী ৱা অসি তাবদা য়াম্না থঙনিংবগা লোয়নবা ব্যাঙ্গমীনা হায়রকই "করম্বা খোদোক্লো তম্বিয়ু।"

মতম অদুদা ব্যাঙ্গমীনা হায়রকই, "ফরে, নঙনা তানিংলবদি খোদোক অদুগী মরমদা ৱারী লিগে তাবো।"

অসি হায়রগা মহাক্না ৱারী শিরকই।

কুসুমপুর লৈবাক্তা শৃঙ্গারশেখরনা নিংথৌ অহুনা পাম্মি। নিংথৌ অহুনা পাম্মিবা লৈবাক অদুদা অরাং-অপা কম্মিমত্তা লৈতে। মাগী বাসবদত্তা কৌবী মচানুপী অমা লৈ। নিংথৌগী মচানুপী বাসবদত্তা শক্তা শুগদা চাংদম্নিংঙাই লৈতনা ফজৈ।

অদুবু অদুক কাহেন্না মশক মতৌ ফজহুনবু করম তৌনি, ঙসি ফাওবা মহাক লুহোংনবা বর লৈত্রি। লৈবাক কয়াদগী মতিক চাম-চাম্নবা মুপা কয়াগী হ য়রবৈ, অদুবু মপুক্তিংনা পাম্বা মুপা অমত্তা থোক্ত্রি। মচানুপী লুহোংবগী চহি মতাং হৌজিক চপ চারবনি, মতাং অসিদগী থম্না লৈশিনথিবা থোক্লবনি মীনা থিবা ঙাংনরগনি। অসি খন্দুনা নিংথৌনা স্বয়ংবর-সভা কৌহ্নুনা মচানুপী লুহোংবিরগে হায়না লেপত্রে।

নিংথৌ শৃঙ্গারশেখরনা মী থাহনা লৈবাক কয়াগী নিংথৌ মচাশিংদা বর-বার্ত্তন তৌত্রে।

কুসুমপুরগী রাজসভাদা নিংথৌমচাশিং অমুম অমুম লাকতুনা তৌম্লরে। বার্ত্তন তৌখিবা নিংথৌমচাশিংগী মশাং শুম্নবা মতম অদুদা শৃঙ্গারশেখরনা স্বয়ংবর-সভাগীদমক শেম শাথি।

স্বয়ংবর-সভা অদুদা অঙকপা ফংনা কিজেং লৈতেংহনা নিংথৌ মচা পুম্নমক ফমত্রে। মরম অদুদা নিংথৌগী মচানুপী বাসবদত্তা মতারোইশিংগা লোয়মনা স্বয়ংবর-সভাদা মশাদা পামজবা বর মশক খনবা চংলকই। মতাশিংনা মঙোন্দা নিংথৌমচাশিং অহ অমমম মশক তাক্লকই। অদুবু নিংথৌগী মচানুপীনা মপুক্তিংদা থোইদাবা নিংথৌমচা অমত্তা য়াউদ্রে। মহাক্তা কনাগী মঙকশমদগ

লৈ পরেং হুকখিদ্রে। পুখমদা হাপ্লিবা লৈ পরেং অহ্ মচি লেংদনা অহুম সভা অহুদগী পুখোকক্রে। নিংথৌ মচাশিংসু মতিক চাদবা ওইহনা সভা অহু খাদোকহুনা ওয়া মাগী মাগী লৈবাক্তা হল্লক্রে।

হৌমিং অহুগী অহিংদা নিংথৌগী মচানুপী বাসবদত্তানা মমঙদা উরে, মায়া মশক মতৌ ফজবা নিংথৌমচা অমা চংশিল্লক্কনা মাগী মাংদা লেপ্লরে। বাসবদত্তানা মমঙ অহুদা খঙলবই মহাদি, নিংথৌমচা অহু নিংথৌ চিন্তামণিগী মচানুপা কন্দর্পকেতুনি। নিংথৌগী মচানুপীনা মঙ অহুদা নিংথৌমচা অহুগী মচকশংদা লৈ পরেং হুকখি। মহুগা লোয়ন-লোয়ননা নিংথৌগী মচানুপী মিংকপ থোকখি। মিংকপ থোকপগা মাইকৈ মরিদা লৈহনা নিংথৌমচা কন্দর্পকেতু কদায়দা লৈবগে হায়েংলকই।

কন্দর্পকেতুবু উবা ফংব্রবা অহুদা বাসবদত্তাগী মনিত্তা তাইবং-পাম অপুম্বা অসি ইমম-মম্মা উব্রে। মচাক্না মচগী থোদোক অহু তমালিকাগী মফমদা তমহনা অরাবা মমেং তানবা হোৎনরকই। তমালিকা মহাক্না য়ায়া চামবী মতানি।

নিংথৌ শৃঙ্গারশেখর মচানুপী বাসবদত্তগীদমক অবনা তুম্ব-চাবা চংখিদ্রে। স্বয়ংবর-সভাদগী নিংথৌমচা পুম্নমক হনক্রে, মহাক্না হৌজিক মচানুপী লুহোংনবা মতৌ করম্না অমুক শিনগদগে। মঙল-মঙল থল্লবা মতুংদা মহাক্না অস্তুম্না লেপ্লে মহুদি বিদ্যাধরগী নিংথৌমচা পুষ্পকেতুদা মচানুপী থাজরগনি।

পাউ অসি তাবদা নিংথৌগী মচানুপী বাসবদত্তা বাবগী তমথৈ লৈখিদ্রে। মমঙদ উখিবা নিংথৌমচা কন্দর্পকেতুগা উরবা

ফংঙ্গ্রিচৈঙগী মমাংদা মহাক্না পুষ্পকেতুনা লৈ পল্লেং হুক্পা তাররা ? অদি থল্লুবদা মথরায় রাবনা মহাক ঙাইতাক্না কাওবা মপুক্নিং লৈতাবা ঙম্রক্রে। অদুম নিংথৌগী মচানুপী বাসবদত্তানা তমালিকাগী মকমদা খুদোংথীবা অহুদগী নাপ্তে কপা য়ানবা শিনবিয়ু হায়জরকই।

মতম অদুদ তমালিকানা মাগী মপুক্নিং থোগৎতুনা হায়রকই, "করিগুম্বা ফিভম অমদনু ওইরবস্ত ঐনা নিংথৌমচা অহুবু থঙনা পুরক্নি।"

তমালিকা অহু নিংথৌমচা কন্দর্পকেতুবু অহুম থিরকপদ হৌজিক ব্যাঙ্গমা ব্যাঙ্গমীনা মহুম শাফুনা লৈরিব উ অহুগী উথোঙ মমা য়োবক্লে।

মতাং অসিদা ব্যাঙ্গমামা হাকী জিবা লোইশিনখ্রে। মতম অহুদা ব্যাঙ্গমীনা মঙোন্দা হংলকই, "নিংথৌগী মচানুপী বাসবদত্তানা মমঙদা উথৈবা নিংথৌমচা কন্দর্পকেতু হায়বা অহুবু হৌজিক কদায়দা লৈবগে ? অদুগা তমালিকানা কদায়দা লৈবগে ?"

মতম অদুদা ব্যাঙ্গমানা উংক্লে, মথোয়না লৈরিবা উ অহুগী উশাদা নিংথৌমচা কন্দর্পকেতু মাগী মরুপ অমগা লোয়নন্দমহুনা লৈ। অদুগা তমালিকানা উশাদা লৈ। মহাক্না মহু মাগী নুপীগী মফমদা তমখ্রে।

চঙক্লবা কন্দর্পকেতুগা মকরন্দগা ব্যাঙ্গমা ব্যাঙ্গমীগী ৱা তাবি। মতম অদুদা মথোয়না ব্যাঙ্গমাগী ৱা অহু অচুম্বরা হায়ব অশেংবা অমা থঙবনগীদমক উথঙগী কুমথরক্লে। মরুপ অমি

ইচুক-ওকত্রে, মকম অহুদা লেপ্তুনা লৈরম্লে মুপীমচা অমা, নিংথৌগী মচানুপী বাসবসদত্তাগী মন্তারোই তমালিকা।

কন্দর্পকেতুনা খওলে, ব্যাঙ্গমানা লিথিবদু শাজিন্নবা রাম্নী নত্তে, অচুম্বা রাকম্লি। অহুনা কন্দর্পকেতু তমালিকাগী মনাক্ত চংশিনম্লে।

তমালিকানু অসারুমথৈ ব্যাঙ্গমাগী রাম্নী তারম্লিবনি। অহুনা মশাক ফজনা পাখং অহুবু উবমক্তদা মহাক্না খওলে মহুদি, পাখং অহুমক বাসবসদত্তানা মমঙদা উখিবা নিংথৌমচা কন্দর্পকেতু হায়বা অহুনি। অহুনা তমালিকানা য়াম্না হরাওনা কন্দর্পকেতুদ খওহল্লে মহুদি, নিংথৌ মচানা হৌজিকমক চৎলগা রাজকুমারী বাসবদত্তাবু ফনবিয়ু। অহু নত্রবদি বিদ্যাধরগী নিংথৌমচা পুষ্পকেতুদা মহাক নমহুনা লুহোং-গ্রগনি, অদু নত্রগনা রাজকুমারী মৈথুংদা চোংশিন্দুনা শিগ্রগনি।

বা অসি তাবদগী কন্দর্পকেতু অমুক তপথবা ওম্রকত্রে। মক-মন্দগা লোয়ননা মহাক তমালিকাগী মতুং ইন্নক্লে।

কন্দর্পকেতুনা মমঙদা উখিবা নিংথৌগী মচানুপী বাসবদত্তানা লৈরিবা লৈবাক কুসুমপুরদা মখোয় থুংলরে।

তমালিকাগী মথৌশিংনা থেংনবা অহিংদা লোম্না বাসবদত্তাগা কন্দর্পকেতুগা উন্নহল্লে। মখোয় অনি অমনা অমবু চঙক্লমা য়েংনহুনা লৈম্লে। মখোয় অনি মতম অসিগী মমাংদদি মমঙ মমঙদা উরখিবা অহু নত্তনা তাইবংদদি অমুক্তনু উরখিদ্রি। অহুম ওইনমক মখোয় অনিনা মপুন্নিংনা খল্লকই, মখোয় অনী মপোক করাদগী খঙনরক্ল-বগুম। মখোয় অনি অমনা অমবু মমঙদা উন্নগ্রবনি।

মতৌ অহুম্না কন্দর্পকেতুগা বাসবদত্তগা য়েংনহুনা লৈরিবৈ

মতম অহূদা বাসবদত্তাগী অতোপ্পা মতারোই অমা মকম অহূদা চংলক্লে। মহাক্না মখোয়দা খঙহল্লবে মহুদি, বিদ্যাধরগী নিংথৌমচা পুষ্পকেতু লাম্মী তেঙ্গোলগা লোয়ননা কুসুমপুরদা থুংলবে। নোংজাববগা মহাক্না নিংথৌগী মচানুপী বাসবদত্তাবু লুহোংলগা মরৈবক্কী পুন্নগনি।

অহিংগী মতম লোইশিল্লক্লে। ঙাইহাক্তং লৈরবদি উচেক-রায়া থোংলক্লগনি। কোম্মুং অহু লুহোংবগী করাও-তয়াম্বদা ইনিন-নিলক্লগনি। তুংদা শাদানবনা তাল্লরক্লবী শজি অমোমগুম্লবী, নোংছেক ঙাবখিবদা পুন্সিগী আশ পুন্নমক অরেম্বদা তাপ্রগদবী বাসবদত্তানা থুদোংথীবা অহুদগী কনবিয়ু হায়জবগী মতাঙম মপী ঈরা চেনা কন্দর্পকেতুদা য়েংজরকই। মহু উবদা নিংথৌমচা কন্দর্পকেতুদা মাবু মপুক্লিং থোগংতুনা হায়রকই, "রাজকুমারী, করিমত্তা বারুজু। থোক্লগদবা থুদোংথীবা অহুবগী নাস্তোক্লবা ঐনা শোয়দনা শিরগনি।"

অহুগী মতুংদা নিংথৌমচা কন্দর্পকেতু নিংথৌ শৃঙ্গারশেখরগী শগোলশঙদা চংলক্লে। মহুদা লৈরিবা শগোল মরাম অহুগী মমুংদগী মশা-মউ য়াম্না ফবা অপাইবা শগোল অমা থল্লগা মহাক্না মপান্দা পুরথোরক্লে। অহুগা মহাক বাসবদত্তাগা লোয়ননা অপাইবা শগোল অহুদা তোংখংগ্রে। মখোয় অনিবু পুহনা শগোল অহু পাইতুনা চেল্লক্লে।

য়াম্না থাপ্না লাক্লবা তুংদা কন্দর্পকেতু অমসুং বাসবদত্তা শগোলদগী কুমথগ্রে। চাদ-থক্কনা, তুমদ-হিপ্তনা শগোল তোংহনা লম লাপ্না লাকপনা মখোয় য়াম্না চোকথরে। অহুনা কন্দর্পকেতু

তুম্মিংবনা শগোলদগী কুম্বখবদা মশা তোলহাইনরক্লে। মহাক লতাকুঞ্জ অমগী মনুংদা হিপ্পখদগী খঙগৌদনা তুনথক্লে। অহুগা বাসবদত্তা অয়াম-খৌরাংবনা খংবা চম্লকত্রে। অতুনা অনকপদা উটৈ-রাহৈ পানবরা য়েংগে খন্দুনা মহাক খজিক-খজিক অসুম মফম অহুদগী চংথোরকলে।

কিরাত হায়না খঙবখা চণ্ডাল কাংবু অমগী খুল অমা য়াম্না নকু লৈ। বাসবদত্তাদি মহু করিমতা খঙদে। অসুম চংরদা মহাক কিরাতকী খুল অহু য়োরকলে।

মতম অহুদা কিরাত নিংথৌনা পাউ ফংহুনা মহাকপু কাপ-দবগী চেল্লকলে।

লাইগী নোংদমদগী মতম অহুমক্তদা মফম অহুদা লাম্মী তেঙ্গোল অমা থুংলরে। লাম্মী তেঙ্গোল অহুগী সেনাপতিসু পাউ অহু ফংহুনা নিংথৌগী মচানুপীবু ফাগদবগী চেল্লকলে।

কিরাত নিংথৌগা সেনাপতি অহুগা মখোয় অনিনা পুক্নিং শুমহৎনবগী মশক ওইরবী শকহেনবী অহুবু মুময়কলে। মখোয় অনি অহানবদা খৎনরম্বদগী মথুং থোক্লয়কলে। মমৈথংদদি মাইকৈ অনিগী লাম্মীশিংসু থুং থোক্লনা লান্থেংনরকলে।

অসুম বাসবদত্তাবু মুময়বগীদমক তমথীবা ফংনা কাংবু অনি লান শোক্লরি। অতুবু বাসবদত্তা মতম অহুদা কদায়দা লৈরবগে? কিবনা মশা থক-থক নিক্লা মহাক মতুংলোমদা খজিক খজিক হন্দোকত্রে। লাম্মী কনানা মাবু থৌওইনা য়েংসুবা লৈতে। চৈরক অহুদা বাসবদত্তাদি মফম অহুদগী য়াম্ন থাপ্না চংথোরক্লে। অহুগী মতুংদা

মহাক হোৎলুনা চেনখে । মহাকনা পোত্থাবা লৈতনা অসুম চেল্লকপদা আশ্রম অমদা থুংলরে। আশ্রম অছুদা চংলবদি মথবায় হিংগত্রা থন্দুনা মহাক মছুদ চংশিনখে ।

আশ্রম অছুদা মুনি অমা অকনবা লাইনিং তৌহুনা লৈ। অসোমদা লান্মী কাংবু অনিনা লান শোক্রিবিবা. অছুগী নিলখোংবা ময়াম অছুনা মুনিগী অকনবা লাইনিং অছু কায়ব্রে। মছুদা মুনি মৈ হৌনা শাউরকলে। মাগী অকনবা লাইনিং থুগাইরিব। অছুগী অশেংবা মরম থঙ্গননবগীদমক মহাক মপান্দা খোয়রকই। মতম অছুনা মহাক্না উরে, মপা লৈতবা ফজরবী মুপীমচা অমা কিখি-খিক্রমুনা আশ্রমদা চংলক্লি।

মতম অছুদা মুনিনা থঙবা ওয়ে, মুপীমচা অছুবু মুত্তবগীদমক কাংবু অনি লাংস্থেংনরি। মছুগী ফলনা আশ্রমগী অচিকপা থুগায়-রিবনি। মরম অছুনা মাগী লাইনিং কায়হনবগী মরু ওইবা হৌরককমদি মুপীমচা অসিনি।

অস্থয়া থন্দুনা মুনিনা য়াম্না শাউনা বাসবদত্তাদ হায়রকই, “শকহেনবী, নঙংলাংগীদমক লান শোক্লহুনা এগী অকনবা লাইনিং কায়হল্লে। অছুনা নহাক হৌজিকমক নুংগী মূর্ত্তি ওইরো।”

মুনিগী শাপ অরেস্মদা থক মাংবা য়াবা নত্তে। মিংকুপ অমগী মমুংদা চাংদম্লিংঙাই লৈতনা ফজরবী নিংথৌগী মচানুপী বাসবদত্তা নুংগী মূর্ত্তি ওনখে।

অসোমদা লান লোইরবা মতম অদুদা মথোয় কনানসু শকহেনবী অছুবু খিবা কংখিত্রে।

নিংথৌমচা কন্দর্পকেতুনা লান শোক্লবা অহুগী লাংবা অহুদা তুম্বা কায়ব্রে। মহাক্না হৌগৎতুনা ফম্লগা মাইকৈ মরিদা য়েংলকই, অহুবু কদায়দনু বাসবদত্তাবু উবা ফংদ্রে। মতম অহুদা মহাক মপুক্লিং লাংতক্লমা লতাকুঞ্জ অহুদগী মপান্দা থোরক্লে। মহাক্না অনকপা মফম অহুবাইদা য়াম্না মুম্না থিরবদনু বাসবদত্তাবু উবা ফংখিদ্রে।

কন্দর্পকেতুনা বাসবদত্তাগী মমিং পন্দুনা কৌরকই। মহুগী খোঙ্গাংনা মাইকৈ পূম্নমক ইনিল-নিল্লকই, অহুবু মহু মত্তনা বাসবদত্তগী পাউখুমদি তাবা ফংখিদ্রে। নিংথৌমচানা উমং অহুগী মফম পূম্নমক্তা কোইচৎ-চৎতুনা থিরকই, অহুবু বাসবদত্তাবু থিবা ফংবদি মরৈদ্রে।

কোইচৎ চৎগদা মশা কনা চোকথত্নুনমু মাগী থম্মোয়গী চামথোইবী অহুবু থিবদি থক লেপ্তে। অস্নুম্না কনা থিন্তুনসু ফংবা কৌবা লৈত্রবদা মহাক্না থল্লকই, পুন্সি অসি থম্লবগী অমুক কবি কায়গনি! অস্নুম্না খন্দুনা মহাক্না মপুকনিং চপ য়ুংনা লেপ্লে মহুদি, করিগুম্বা বাসবদত্তা উবা ফংদ্রবনিমা সমদ্রদা চোংথত্নুনা শিরগনি।

অস্নুম্না মহাকনা মশা মত্তোমত্তা শিজরগে হায়মা থল্লকপা মতম অচমক্তদা ইথঙ-থঙহৌদনা লাইপাউ লাউরক্লে, "অত্নুক লাংতক্লগনু, তপথৌ কন্দর্পকেতু! নহাক অমুক বাসবদত্তগা উন্নখিগনি।"

মাগী পুন্সিগী লোইনবী ওইগদৌরিবী অহুবু অমুক হন্না

উরখিগনি হায়বা লাইগী লাইপাউ তাররদা কন্দর্পকেতুগী থম্মে মদা শিনিংবগী আশা থাদোক্নু মহাক্না অমুক নৌহৌনবা বাসব-দত্তাবু থিবা হৌরক্লে।

থা কয়া হৌখিহ্না চহি ওল্লক্লে, অদুবু কন্দর্পকেতুনা বাসব-দত্তাবু থিবা লেপ্তে। অদুবু মতম অদু ফাওবা বাসবদত্তা হিংলি নত্রগা শিত্রে হায়বা অরেপ্পা থওবা ওৎত্রি।

নাকেন থা লোইখিহ্না শরৎ ঋতু চংলক্লে। অদুম কোইথি থিহ্না লাকপদা কন্দর্পকেতু মুনি অমুগী আশ্রমদা চংখমক্লদা চওক্লনা মহাক চপ লেপ্নুনা নৈত্রে—'ঐনা উরিবসিবু করিনো?' মহাক্না মশাগী মশিংমকপু থাজবা ওল্লক্লে। চান্নথোইবা অমুগী রাখলনা থুমহৎতুনা মমিত্তা পংউ-উরবরা হায়হ্না মহাক্না থল্লকই। 'নত্তে, মিত্তা পংউ-উবা নত্তে। ঐগী মিৎকী মণি বাসবদত্তা মাংদা লেপ্লিবী অসিনি।'

কন্দর্পকেতু অচাওবগী মতৌগুম চেনশিনত্রে—নত্তে মসিবু করিনো! মাগী চান্নথোইবা নিংথোমচাবু উরবা ফাওবদসু বাসব-দত্তাগা মাইথোংদা হরাও-মীনোকী মমি তাত্রি। অদুগা মহাক মমিৎ ফাওব কুপ্তে, চপ লেপ্নুনা অদুম লৈ।

নিংথোমচানা মতোমত্তা হায়জরকই, "ওস্নোকপনি ভগবান! মসিবু উহনবগীদমক ঐবু হিংহন্দুনা থম্মিরিবরা? সিদা লেপ্লিবী অসিদি ঐগী বাসবদত্তা অদু নত্তে, মসিদি নুংগী মূর্ত্তিনি।"

কন্দর্পকেতু থওহৌদনা মমিত্তগী মপী শিন্থরক্লে। মতম অমুক কুইবসি বাসবদত্তাগা অমুক উরবা ফংথিগনি হায়বগী আশাদা

মহাক হিংহুনা লৈরিবনি, অহুবু হৌজিক্তি করম্বা আশাগী মতেংনা হিংখিগনি।

মুংশি-মৈচাক্না ভাওহুনা কন্দর্পকেতুনা নুংগী মূর্ত্তি অহুবু চেঞ্জেং কোমশিল্লক্লে। মহুগা লোয়ননা খঙহৌদনা ওইখোক্লবা থোদোক অমা থোক্লে। নুংগী মূর্ত্তি অহু লেং-ওংলক্লে। অসুম্না নুংগী মূর্ত্তিদগী অহিংবা মী ওইরক্লে।

মতো অসুম্না মুনিগী শাপ কোক্তুনা বাসবদত্তা মীওইবগী অহিংবা মূর্ত্তি অমুক ফংজয়ে।

মহু উবদা কন্দর্পকেতু ঙকপগা হরাওবগা য়াম্না তৌকম খঙদনা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈপ্রে। মহুগী মতুংদা মহাক্না য়াম্না খঙনিংবগা লোয়ননা বাসবদত্তাদা মানা নুংগী মূর্ত্তি ওইহুনা লৈরম্বগী মরম হংলকই। বাসবদত্তামা য়াকম পুন্নমক করিমত্তা চিংখদনা নিংথৌমচাগী মফমদা ভমপ্রে। অহুগা মহাকনা মথা শমথহুনা অমুক হায়রকই মহুশি, কন্দর্পকেতুনা মাবু শোকপিবদগী মুনিগী শাপ কোক্তুনা মহাক অমুক ভাইবং মী ওন্নকলিবনি। করিগুম্বা নিংথৌমচানা মাগী মশাদা শোকপিরমদবা থোক্লবদি মহাক নুংগী মূর্ত্তি ওইনা অহুম লৈরগদবনি।

অসুম্না মখোয় অনী অরা-পুংভাইনা য়ারী কয়া শানরকই। অহুনী মতুংদা বাসবদত্তাবু পুহুনা কন্দর্পকেতু মরৈবাক্তা হল্লকলে। বাসবদত্তাবু মহারাণী হাপ্তুনা কন্দর্পকেতুনা মপুক্কিং হরাওনা লৈবাক য়ারেল চৈঙাক পুহুনা মতম শাংনা নিংথৌ ওইহুনা পানখি।

# হর্ষবর্দ্ধন

থানেশ্বর শ্রীকণ্ঠগী মনুং চনবা লৈবাক অমনি। লৈবাক অদুদা প্রভাকরবর্দ্ধন কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। থানেশ্বর অসি মতম অদুগী মরিং চৎপা লৈবাক অমনি। লাইনিংদবু ওইরবসু, হরাও তয়াম্বদবু ওইরবসু, অদুগা মথল-মথা অয়াম্বা মওংগী বিদ্যা নৈনবদবু ওইরবসু, হীরম পূম্নমক্কা থানেশ্বরদা থুদোংচাবা য়াম্না ফংই। অমুনা থানেশ্বরগী মতিক-মগুণ মাইকৈ মরীদা থাংনা শন্দোকলমই।

নিংথৌ প্রভাকরবর্দ্ধন মচানুপা অনিগা মচানুপী অমগা পোকই। মহাক্কী মচানুপা অহলগী মমিং রাজ্যবর্দ্ধন, মচানুপা রাইমগীনা হর্ষবর্দ্ধন অদুগা মচানুপী অতোম্বীগীনা রাজ্যশ্রী কৌই। মচিন-মৌপরা মথোয় অহুম য়াম্না নুংশিনৈ, চায়ে।

রাজ্যশ্রী চাউরকলে, থাজ য়োম্নবা মতম ওইরকলে। মতম অদুদা মহাকপু কন্যকুব্জগী নিংথৌমচা গ্রহবর্ম'দা লুহোংখি। লুহোং-লবা মতুংদা নুংশিরবা মবুংশিং, মমা মপা পূম্নমকপু থাদোক্তুনা মপুরোইবগী য়ুমদা রাজ্যশ্রী চৎপা তাখি।

নিংথৌ প্রভাকরবর্দ্ধন অহল ওইরে, মচানুপাশিংসু মতিক চারক্রে। অদুনা নিংথৌনা পাল্লবই মতুংদি, মচানুপাশিংনা মথাবু মতিক চারে হায়বগী প্রমাণ উৎলগা লৈবাক বায়েল চৈথাক পুরগনু। মতম অদুদা মহু উৎননবগী থুদোংচাবা অমা থঙ্গহোদনা থুংলরে।

উত্তর ভারত অপুন্বা অসিদা মতম অদুদা হূন জাতিগী মীওইশিংনা মপান্দগী হেক হেক লাকতুনা ওং-নৈরে। করি করিগুম্বা মফমদদি মখোয়না লৈবাক খুত্থম চনখিবস্থু য়াউরে। প্রভাকরবর্দ্ধনা হূন জাতি অদুবু ভারতকী ওমথৈগী থাংমদা তান্থোক-খিনবগীদমক মচানুপা অহল রাজ্যবর্দ্ধনদা য়াথং পীরকই।

লৈবাক অপুন্বা লানগীদমক শেম-শাবদা ইরাং-লাংরে। লান্মী ফম্বাইবা পুম্নমক রাজ্যবর্দ্ধনগা লোয়নননা লান চংনরবা শেম-শারে। হর্ষবর্দ্ধনস্থু লান চংনিংলমই, অদুবু ময়াম্মুং রাজ্যবর্দ্ধনা মাবু থিংখি। অদুদা মহাক্না ময়াম্মুংবু লাপ্না থিন্দোকলুই।

হর্ষবর্দ্ধন ময়াম্মুংবু য়াম্না লাপ্না থিন্দোকলুরগা মরৈবাক্তা হল্লকই।

অসুম্না মচা অমত্তা কোম্মুংদা লৈত্রিঙৈ মতম অদুদা প্রভা-করবর্দ্ধন থঙগৌদনা নাতুনা শিখি। মাগী চিতাদা গোংশিন্দুনা মহরাণীসু মপুরোইবগী মতুং ইন্থি।

হর্ষবর্দ্ধননা হল্লকপা মতম অদুদা লৈবাক অদু মোংফমগী মওক ওইরম্লে। মমা লৈত্রে, মপা লৈত্রে। ময়াম্মুংনা লান শোক্লবা চংখি, অদুগা থোইদোক্লা মুংশিজরবী মচল মুপীসু মপুরোইবগী মুমনা লৈত্রে। মরম অদুনা কোম্মুং অদু থবাক য়াউরবা হকচাং পোলাংগুম হর্ষবর্দ্ধনগী মখিত্তা উরকই। মহাক মমা-মপা কায়নগী মৈচাক্না অঙাওবগুম্লে। অদুবু লৈবাক্কী লুরবা পোৎলুম মাগী থ্যাবৎতা নম্থি। মরম অদুনা বায়না মৈচাক্কী থাংজমদ্রবা

অরাবা অহু পোপথোক্রবগী মতম মহাক্কী থৌপ্প লৈত্রে। মপাগী মপাক্সল,মঙৌশিংতনা মহাক্কা লৈবাক বায়েল চৈঙ্ক্যক পুরক্লই।

তমথীরব হুনশিং অহুবু শাথীনা ম ইথীব পীহুনা তাম্বোক্লমগা লাম্বীশিংগা লোয়নবা রাজ্যবর্দ্ধন মখৈবাক্ত হল্লকই। রাজ্যবর্দ্ধন প্রভাকরবধনগী মচানুপা। অহলনি, মরম অহুনা মপা শিরবা মতুং অসিনদি মহাক্কা নিংথৌ ওইফম থোকই; অহুগ মপাবুংনা শাম্নবস্থ মহমক্কি। অহুবু রাজ্যবর্দ্ধন নিংথৌ ওইযু য়াত্রে। নিংথৌ মচাগী ফিজেং অহুগা থুংগু-থুংলাই পুন্নমক লংথোক্লগা মহাক গেরুয়া শেংঙ্গ্রে। মহাক সন্ন্যাসী ওইহুনা কোম্বুং থাদোক্তুনা চংকদবগী থোরাং তৌরকই।

হর্ষবর্দ্ধনা রাজ্যবর্দ্ধনবু নিংথৌ ওইননবগীদমক কয়া হায়জৈ-নোঙ্গ্রে। অহুবু মহাক্কা হায়জ-নোঙ্গরিবা পুন্নমক অহু অরেম্বদা তাখি। রাজ্যবর্দ্ধনা মনাওন্নুপাগী বা অমত্তম্ব মনাদ হাপশিজ্রে। মহাক্কা হর্ষবর্দ্ধন্দা নিংথৌ থুভম নমহুনা শিন্নখে।

রাজ্যবর্দ্ধন কোম্বুং থাদোক্তুনা উমংদা চংকদবগী যাত্রা তৌত্রে, মাগী মতুংদা হর্ষবর্দ্ধনা ইন্নরি। মতম অহুদা থওহৌদনা পাউ লাক্লে মহুদি, প্রভাকরবর্দ্ধন শিবগী পাউ তাবদা মালব নিংথৌনা মহুগী থুদোংচাবা লৌহুনা কন্যকুব্জদা লান্দারকই। লানকম অহুদা নিংথৌ গ্রহবর্মাবু হাংখ্রে। হৌজিক মালবনিংথৌনা কান্যকুব্জগী নিংথৌ ওইখ্রে।

মথোয়গী হুংশিজরবা মচল মুপী রাজ্যশ্রীগী পাউ থওনিংহুনা মযুং অনিমা পাউ পুরকলিবা দূত অহুদা হংলকই।

দূতনা মখোইদা থঙহল্লে মহুদি, রাজ্যশ্রী হৌজিক কন্যাকুব্জগী কৈথুমশঙদা বন্দী ওইহনা লৈ।

ওইহাক লৈরগা দূত অহুনা মখা শমথহনা হায়রকই মহুদি, মালব নিংথৌনা য়াম্না থুনা থানেশ্বরদসু লান্দারকদৌরিবানে।

দূত অহুগী পাউ অদু তাবদা রাজ্যবর্দ্ধনগী মৈ চৌনা শাউরক্লে। মহাক্না ওহনা হায়রকই, "করি, মালব নিংথৌনা অদুক চাউথোকপা! মথৌনা করি লৈহন ঐগী ইচল রাজ্যশ্রীবু মখোঙদা য়োংহ্লিং-ফলাং চন্দুনা কৈথুমশঙদ থম্লিবা।"

রাজ্যবর্দ্ধনা গেরুয়া শেগায়হনা লাংথোকখ্রে। অমুক হন্না মহাক্না মথুত্তা থাংশাং পায়থংখ্রে। মালব নিংথৌবু হায়না চৈরাক পীরুদনা মহাক উমথো চংপা ওইথোক্লোইদৌরি।

ল্যানবীদমক শেম-শাবদা থানেশ্বর লৈবাক শিন-থুংনা নিল্লকই। রাজ্যবর্দ্ধন অমুক লান্থোকনবা চংখ্রে। হন্নকসু হর্ষবর্দ্ধনগা ময়াম্পুংগী মফমদা মাসু লান চংকনি হায়না তকশিন্নকই। অদুবু রাজ্যবর্দ্ধনা মাবু থেম্জিন্দুনা হায়রকই মহুদি, অচম্বা করিসু লৈতবা লান মচা অমা শোক্লবদা মখোয় মতিক মনাও কনি চংলুবগী কামদে। মহাক মতোমতনা মালব নিংথৌবু মতিক চাবা চৈরাক পীরুব ওমগনি। হর্ষবর্দ্ধন থোইদোক্না লৈবাক প্রজাগী মাইকৈদা মিংয়েং চংবনা চুরই।

অদুগী মতুংদদি ময়াম্পুংদা অমুক হায়রুনিংঙাই বা করিসু লৈত্রে, মরম অদুনা হর্ষবর্দ্ধন থানেশ্বরদা লৈবা তারে, অদুগা রাজ্যবর্দ্ধন সুংশিজবা মচলমপীবু কন্নবা থোকশানখ্রে।

হুমিং কয়ানি হৌখ্রে। অদুবু রাজ্যশ্রীগী করিগুম্বা পাউ

অমত্তা হর্ষবর্দ্ধনা যংদে। অদুনা মহাক মতম থুদিংমক্তা রাথলদা তাউদুনা লৈরে।

অমুক থাংজমত্রবা অরাবা পাউ পুদুনা দূত লাক্লে। রাজ্যবর্দ্ধনগা লোয়নখিবা বুগুলনা পাউ পুরকই মদুদি, গৌড়গী নিংথৌ শশঙ্কনা লৌমম শেৌদুনা মরূপ শাশিন্নরগা রাজ্যবর্দ্ধনবু হাৎলে।

রাজ্যবর্দ্ধন শিরে, অদুবু মচলনুপী রাজ্যশ্রীগী পাউ অশেংবা থজনিংদুনা হর্ষবর্দ্ধনা কুণ্ডলদা হংলকই।

অদুবু বুগুলনা রাজ্যশ্রীগী করিগুম্বা অশেংবা পাউ অমত্তা পীবা ঙমদ্রে। হর্ষবর্দ্ধন শাউবনা মাইকৈ থজখিদ্রে। অমগী মথংদা অমা অমগী মথংদা অমা অরাবতমক মহাক্না ফংলক্লিবনি, হন্দক্তি মহাক্না মদুগী মতিক চাবা লমন থুম্লগনি।

হর্ষবর্দ্ধনা লাউথোকখি—পৃথিবীদগী মহাকনা গৌড় লৈবাক মরু ফংনা মাংহল্লগনি।

অদুগী মতুংদা হর্ষবর্দ্ধন দিগ্বিজয় চৎকনি। অদুনা নিংথৌ পুম্নমক্তা অদুম্না থজহনরে মদুদি, মথোয়না হর্ষবর্দ্ধনবু নিংথৌরেন্নি হায়না লৌগদবনি, করিগুম্বা মদুম্না লৌদবা থোক্লবদি লানগীদমক শেম-শাদুনা লৈগদবনি।

হর্ষবর্দ্ধনা থোজশ'ল্লমদায়দা মওং কয়াগী অমঙ্গলগী থুদম কয়া উরমই। মতম অদুদা হর্ষবর্দ্ধনগী পাঙিনা থহহল্লে মদুদি, হর্ষবর্দ্ধন দ্বীপ ওরাধিপাল লোইচল্লগা হল্লকনি।

হর্ষবর্দ্ধনা থোজশানগদবগী থৌরাং পুম্নমক লোইরবা মতম অতুমক্তদা রাজ্যবর্দ্ধনগা চংখিরমখিবা সেনাপতি ভক্তি কান্যকুব্জদগী হল্লক্লে। মহাক্না পাউ পীরক্লে মদুদি, রাজ্যশ্রী কৈতুমশঙ্কদগী চেংখিদুনা

করিওক্না পাউ অমত্তা মধাক্না কইরে। মচলমুপীবু অমুক্ত হৈমা পুক্নরা উৎনবা অংহিগদি হায়বা মাগী মাপা পুমুক লই কুমরে।

মতম অহুমকনা দিবাকিরমিত্রগী শিষ্য অমা মুখো থবেং থবেং হোনা চেরক্লগা পাউ পীবৈ মহুদিং মুপী অমা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিগদধনী খোরাং তোৌহৌই। মহাকপু কনবিবা তারবদি হৌজিকনক চংত্রবদি নংহৌররোই।

পাউ অতুনা হর্ষবর্দ্ধনবু চিংনবা পোকহল্লি। মহাক্না মপুক্লিংদা থল্লকই, মুপী অদু মাগী মুংশিজরবী মচলমুপী রাজ্যশ্রী ওইবমকু য়াই।

থুনা য়াংনা হর্ষবর্দ্ধন শিষ্য অতুগা লোয়ননা মকম অদু তাল্লা চেনরে।

লাপ্লিডৈদগী হর্ষবর্দ্ধনা উবমই, চিঙা অমা মৈ করা চাক্লি। রাজ্যশ্রী মথুং লোক্তহনা মতুগী মমাংদা লেপ্লি। হৌজিকমক মৈমুংদা চোংশিন্নপদবগী তৌংনি। মগা শিংবু মাগী মতুংদা লেপ্লি মথে য়েম্ব চিঙা অহুদা চোংশিনপদবা মাল্লি।

মতম অতুদা হর্ষবর্দ্ধন লাউদা কৌরকই, "রাজ্যশ্রী! রাজ্যশ্রী!"

ইথু থওহৌদনা অসিগুম্বা মতম অসিদা মবুংবো কৌরকপা তাবা কংগনি হায়বা রাজ্যশ্রীনা শকখদা খোল্লমদে। মহাক হমাও-মনখিরুনা জ্ঞান থাংলে। মহাকা অবুগী মনাক্তা চেনশিনলে। মবুংবো চেনশিন্নগা অচলমুপীবু কোয়থংশিনলো।

মবুংগী অকনবা সেবাদগী রাজ্যশ্রী জ্ঞান তাবকই। মতম কুইদগী মুংদা অচিন-মোপদা অমুক অমুম্না উরদি।

লোইরবা

## লেখকী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং

১। বাশক ( ডিটেকটিভ উপন্যাস )
২। মহাক্না কর্নাবিরম্বান ( উপন্যাস )
৩। মমৌ-ইবেম্মা ( রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর )
৪। ভাগবতকী বারী
৫। পঞ্চ-তন্ত্রগী বারী
৬। উপনিষদকী বারী
৭। নবাব-নন্দিনী
৮। পুরানগী বারী
৯। থাজব্রবী ( শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায় )
১০। স্বামী " " "
১১। ষোড়শী " " "

## প্রেসতা লৈরিবা

১। অঙাংগী পঞ্চতন্ত্র ( ফুঙ্গা বারী )
চিলড্রেন বুক কাম্পিটিসন, ১৯৮১ ৮২ ইংদা
অহানবা মনা ফংগ্রবা
২। পঞ্চতন্ত্রগী বারী খরা ( ফুঙ্গা বারী )
চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন, ১৯৮২-৮৩ ইংদা
অহানবা মনা ফংগ্রবা
৩। ভাগবতকী বারী ( লিটরেচর )
চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন, ১৯৮২-৮৩ ইংদা
অহানবা মনা ফংগ্রবা
৪। শেষর পরিচয় ( শরৎ চন্দ্রচট্টোপাধ্যায় )